# মাওইজমগী অশেংবা মমায়



ফোঙজবা :

ছাত্র ফেডরেসন ১দি য়ুথ ফেডরেসন

# মাওইজমগী
# অশেংবা মমায়

ছন্দোকচবা :—
নবদ্বিপচন্দ্র মোইরাংথেম

লুপা· ৩/-

কোংদোকচবা :—পব্লিকেসন ডিপার্টমেণ্ট
ছাত্র ফেডরেসন ১ দি
য়ুথ ফেডরেসন
ইরাবত ভবন, ইম্ফাল

১য়া থুৎনম :—১৯৮০
কোপি মশিং :—২,০০০

দায়িত্ব খুদিংমক অকোঙবগীনি

ছাপা নম্বা :—
শিব প্রিণ্টিং ৱার্কস, নিয়ার পোলোগ্রাউণ্ড, ইম্ফাল।

## ৱা অময়্যুং

অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ হৌজিক্কী পৃথিবী অসিগী অনৌবা ইতিহাস য়েংলবদি ঐখোয়না শোয়দনমক ময়েক লানা উরি মচুদি মাইকৈ খুদিংদা পংথ পুমথরব্রবা চংনবা য়াদ্রবা কেপিটেলিষ্ট প্রথাবু লংথোক্লমচুনা তুং কোইবা চাওখং খোংথাংগী লম্বী ফাংলিবা, কাংলুপ থায়দবা সমাজবাদকী লমদা চংশিন্নবগী লড়াই কয়া, লোইলম সাশন্দগী কঞ্জনবা জাতিগী নীংতম লান কয়া অমস্থং শেথুং চাথুংদ্রবা নোইহংপীরবা শিগ্গী লৌমীগী অন্দোলনগী ইরাংনা শীনগ্রবনি। মরমসিদগী যুগ অসিবু রাজনিতি পণ্ডিত কয়ানা য়েংনবা লৈতনা সমাজবাদতা ওনশিনবগী যুগ (Socialist epoc) হায়না খংনগ্রবনি। মসিমদি মীওইবা জাতিবু যুগ কয়াগী অনম অহাদগী যুক্তি পীরকপগী ডাল্লবা তাংকক অমা চংলকপগী ৱানি। পৃথীবীগী ইহৌনি, মীওইবগী নমশন্দুনা থম্বীরক্লবা অপাম্বগী মকোক থীনগংলকপনি। অচুবু অসিগুম্বা য়াইফ খেনকম অমা লাকপসিদা খোইরাংবনা লৈফম চাফন খংজদবা, শেঞ্জাও পাইচুনা মীওইবা জাতিগী কোকথক্তা তোংলম্বচু মাংগ্রগনি হায়বগী অকি তুজুংলবা কাংলুপ অমদি মরৈরি। কনাগুম্বনা খঙন-খঙনা নত্রগা খঙজদচুনা অচুগুম্বা কাঙলুপকী মীচংদা লেপ্লুবা, মখোয়গী অফ হুঙাই ঙাংবনা শোথরবা ঐখোয় মীয়ামগী খোঙজংদা মাঙ তাক্লীংঙাই ওইবা য়ৈখায়বা পীরি। মসিমক চিনাগী মাওইষ্ট লীডরশিংনা পৃথীবীশিদা যুগ অসিমক্তদা চংথরি।

মখোয়না আমেরিকা সত্রাজবাদিবু মীচং ওইশিন্দুনা পৃথীবীগী রিভোলুসনগী খোংজেন থীংনবা লাক্লরকপদা আমেরিকামক্কী **Communist pa**ı**ty, Genera  Secy. Com. Gus Hall** না মাগী **party** গী তরপতর্গী **China** গী **Central Commi-ttee** দা ১৯৭৯ গী জনুয়ারিগী অনিশুবা চয়োলদা পীবা চিঠি অসিনা মাওইজমগী অশেংবা শক্তমহু তাক্লি।

চিঠি অসিমক্লা মমাইথুম হাইদোক্লবা মাওগী অশেংবা মাইহু শোইদনমক মীয়ামদা উহনগনি।

নবদ্বিপচন্দ্র মোইরাংথেম

সেন্ত্রেল কমিটি,
কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ চাইনা,
পিপলস রিপব্লিক ওফ চাইনা ॥

মুংশিরবা কমমেরেডশিং,

চহি থরগী মমাংদা নখোয়গী পার্টিগী সেন্ত্রেল কমিটিনা য়ু: এস: সম্রাজবাদিগা চাংশচিন্ননা লৈমিন্নে হায়বগীদমক ঐখোয়গী পার্টিবু সমালোচনা তৌবা বারোল অমা টেলিগ্রামদা থারকখি। নংনা শিরক্লিবা মরাল অসি অচুম্বনি হায়না উৎননবা প্রমান অমত্তা পিরকপা ঙমদে মরমদি নংনা শিরকলিবা ইরালশিং অসি লায়বতা নত্তনা তাথিরা ঙাংনিংবদগী ঙাংলকপনি।

অহূনা নখোয়না ঐখোয়দা শিরকলিবা ইরাল অসিমক নখোয়দা হন্না শিরি। নখোয়গী পার্টিগী লিডরশিপনা সম্রাজং বাদিগা থুংশন্নরি অমসুং মসিগী শক্তম ফজনা উহন্নব শিল্লি।

ঐখোয়না নখোয়দা সমালোচনাশিং অসি তৌরিবগী মরমদি নখোয়গী পার্টিগী পোলিসি অমসুং থৌদৌনা সধারন ওইনা সম্রাজং বাদিশিংদা মতেং, অশা, অমসুং পাঙ্গল পিরে। অমসুং মরুওইনা নখোয়গী পোলিসিনা য়ু: এস: সম্রাজবাদিবু মপাঙ্গল কনখৎহল্লি। মরম অহূনা ঐখোয়গী লৈবাক মহুংগী থবক থনাদা অপন্বা থোকহল্লি।

ঐখোয়ন: আমেরিকাগী সম্রাজবাদিবু থেংনবদা হকথেংননা অপন্থা পিরিবা নখোয়গী পোলিশিশিং অতুতবু ঐখোয়না সমা-লোচনা তৌগনি। মসিনা ঐখোয়গীদমক্তা—(খুঃ এসঃ কী শুনোম লিবা শীগ্নী মীয়ামশিংগীদমক্তা) খাইদগী মরু ওইবা থাফমনি।

পুন্সি অমম্সুং মতুদগী ফংলকপা জ্ঞান্না মরম ওইহুনা, নখোয়গী পাটিনা হৌজিক হৌজিকমক চৎলিবা লম্বী অসি হাইদোকহল্লকনি হায়বগী থাজবা থমলুবনা ঐখোয়না চিঠি অসি ইগদবা কয়া য়ৈথোক্লুনা লাকপনি। অতুবু হৌজিক্তি তশেং তশেংলে। নখোয়গী থৌদোশিং অসি করিগুম্বা মতাং মতাংগী ওইবা অথন্নবা থাখল খরদগী মতা থোক্লুনা শোইখিবা হায়বতু ইনৎ নত্রে। তৌইগুম্বসুং নখোয়শিং অসি পরিং নাইনা লাল্লবা থাখল্লোন অমগী ফল ডাক্তনি। নখোয়না শুরি নোমলিবশিংগী বিপ্লবি ওইবগী লম্বীদগী হাইদোরক্লে।

থারোল অসি খর ঙনখৎপা মতমদগী হৌবা য়াবনি অতুবু কিউবাগী লমদা তশেংনমক মরমদম ঙাকচনবগীদমক থম্বা নিসাইলগী মরিদা কেনেডিগী এডমিনিষ্ট্রেসনন‌া থোকহনখিবা থাথোক্লুদগী হৌরবস্তু মতিক ওকয়ে।

শোক ১৯৬২ দা থোকখিবা মিসাইল (**Missile**) থাথোক্কী অঙম্বা মতমদা নখোয়না **Soviet Union** বু মীঙোম্দা কাই-হৌবগী থবক তৌই হায়না মরাল শিরকখি।

সম্রাজবাদিগী মায়োক্তা কন্না লাম্হেংনরকপগী ইতিহাস লৈ-জরবা; সমাজবাদ চৎপা লৈবাক অমগী লুচিংবশিংনা সম্রাজবাদিনা

লাম্দানবা শিন্বদা মীচং চংশিনগনি অমস্যুং সোসিয়েলিষ্ট কিউবাদা লাণ্মীগী মতেং পিবদা, 'কাইহোবা থবক্তি' হায়না তাথিবা ঙ:ঙলকনি হায়বসিদি থাজবদা য়াম্না য়ানা থোকখি।

নখোয়না সোভিয়েৎ উনিয়নবুদি তাথিনা চৈরবস্যু; আমেরিকান সম্রাজবাদিনা কিউবাদা পাকতকনবা লাণ্মীগী মতেংনা লাম্দানবগী থৌরাং পুন্নমক লোইরে খঙলবদা কিউবাদা মিসাইল থমলিবনি হায়বা য়াসিনি পনখিদে, তুমীন্না লৈথোকখি। য়াফম অসিদি অচুম্বা খঙনিংবা কনাগুম্বগী মফমদা অচৌবা অরোম্বা হায়বছু থক ওইখিদে।

তৌইগুম্বস্যুং নৌনা ছৌগৎচরক্লিবা সোসিয়েলিষ্ট কিউবাদা য়ুঃ এস সম্রাজবাদিনা লাম্দানবগী য়াথৈংফম অমা দরকার ওইখি। মহুদা মপান্দগী লেপলগা নখোয়না সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না "কাইহোবগী থবক তৌরে" হায়রকপহুনা মখোয়গী অনিঙবহুবু য়াম্না হৈংশিংনা কুপশিনখি। অচৌবা য়াথোক অহু কিউবা অমস্যুং সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না থোকহনখিবা অমস্যুং অমেরিকান সম্রাজবাদিনা লাম্দানবগী থৌরাংহুনা থোকহনখিবদি নত্তবগুম উহন্নবা নখোয়না য়াম্না কন্না হোৎনখি।

য়াথোক অহু লোইথ্রবদা, আমেরিকান সম্রাজবাদি অমস্যুং কেনেডিগী সরকারবু নমহুনা মখোয়গী লাম্দানবগী থৌরাংহু থাদোকহল্লবা মতমদা অমস্যুং মহুগী ফল ওইনা মিসাইলশিং লোথোকথ্রবদা নখোয়গী পার্টিনা সোভিয়েৎ ইউনিয়নবু "পাঙদবা অমস্যুং বিশ্বাঘাতক" হায়না চৈরকখি অমস্যুং মরাল শিরকখি।

নখোয়গী পার্টিগী ৱারোল অমসুং ইডিতোরিএল কয়াদা থৌদো অতুদা সন্ধিনচিংবা ( য়ানবা ) অমত্তসু লৈখিদে অতুগা মিসাইল হেক লৌথোকখিবগা আমেরিকানা কিউবাদা লান্দাগনি হায়না ফোংদোকখি। অতুগুম্বা "মুক্নবদা" কেনেডিনা মায়পাকখি হায়না য়ুঃ এসঃ সম্রাজবাদিনা পৃথিবীবু থাজহন্নিংখি। সোভিয়েৎতা শিরকপা "পাংদবা অমসুং বিশ্বাসঘাতক তৌবা" হায়বা নখোয়গী অরাম্বা ৱাফমতুনা থৌদো অসিবু শোগৎখি।

নখোয়গী ৱারোলশিংনা থৌনা ফরবা কিউবাগী মীয়াম্বু তাথিৱা ঙাংখি। তশেংবমক্তি মখোয়গী মমালৈবাক কঞ্জনবগী লানগীদমক্তা থৌরাং তৌবা অমসুং মতুগী অচেৎপা থোঙভম অতুমক্তা, কেনেডি সরকারনা লান্দানবগীদমক চেকশিন্না শিল্লুরবা খুজিল থৌরাংবু হন্দোকহন্নবগী মরু ওইবা হিরম ওইখিবনি।

শন্না হায়রবদা, ৱাথোক অতুগী থেংখাং খুদিংমক্তা নখোয়না আমেরিকান সম্রাজবাদিগী মীচংদা লেপখি। অতুবু হিরম খুদিংমক্তা নখোয় লানখ্রে হায়বসিদি পুন্সি অসিমক্তা প্রমান পিরে। তশেংবমকমু আমেরিকাগা কিউবাগা লৈনরম্বা মরিতু হোংখিবগী মরু ওইবা তাংকক অমা মতুনা ওইখি। মসি আমেরিকান সম্রাজবাদিগী অচৌবা মায়থিবা অমনি।

১৯৭১ দা সুদান্না নিংখা-তম্বা ফংজখি অমসুং সমাজবাদ চৎপা লৈবাক অমা শাগৎনবগী লম্বীদা চংশিনখি। আমেরিকান সম্রাজবাদিনা সুদানগী লম্বী অতু ওস্থোক্নবগীদমক লৈজবী থাতুনা হোৎনখি।

পৃথিবী পুম্নমক্না হৌজিক্তি খণ্ডনরে মত্তুদি **Saudi Arabia** গী রিএক্সনরি ফোর্স খরগা লৌতুনড়না **C I.A.** না **Sudan** গী অত্থুগুম্বা তাঞ্জা অতুদা চংশিনখিবনি। মখোয়না সুদানিজসিংদা কাইহৌ থবক অমা পাংথোকখি অমস্তুং মতুগী ফল ওইনা কাউণ্টর রিভোলুসন (রিভোলুসন থোরক্তনবা বিভোলুসন মানহন্দুনা চথবা থবক) মায় পাকখি। তাঞ্জাতুমক্তদা রিএক্সনরি ওইরবা মিলিটরি জুনতানা কম্যুনিষ্ট অমস্তুং সুদান্দা লৈবা অতৈ রিভোলুসনরিশিংবু তমথিবা মীহাত্তা হাৎলকখি। অতুগা মাওসে তুংগী লমতাক মখাদা নখোয়গী পার্টিনা রিভোলুসনরিশিংদদি নত্তনা অহোইসত্তুন রিভোলুসনরিশিংবু হাংলিবা অমস্তুং জেলদা থমজিল্লিবা নখোয়তুদা পুক্লিং থৌগৎপা কুংভাই পাওজেল থাখি। অতুগা অমুক থিন্থবা তৌদনা নখোয়গী পার্টিনা সুদান্দা লোলোন ইতিকী মরি থমননবা মীওইশিংস্তু থাখি।

কাউণ্টর রিভোলুসন অত্থমক্তি আমেরিকান সম্রাজবাদিগী মায় পাকপনি। অতুগা মতম খরদগী ওইরবস্তু সুদানগী **Forces of Progress** কী শাথিনা নিংহনচাবা মতাং অমা ওইখি। আমেরিকাগী মতুংদা লৈবা খাইদগী হেন্না রিএক্সনরি ওইবা শক্তিনা নখোয়গী থৌদৌ অসিবু য়াম্না হাংনা থাগৎখি অমস্তুং সুদান্দা "লৈবাক মরা তপ্না লৈনবগী থৌরাং" অমনি হায়খি। তশেংবমক্তি নখোয়গী থৌওং অসিনা কাউণ্টর রিভোলুসনগী মীচং অমস্তুং "মখোয়বু চেৎশিনহন্নবগী" অমস্তুং আমেরিকাদা মিডল ইষ্টকী থাওগী সুবিধা পুম্নমক পিননবগী মরম ওইখি।

মীপুম খুদিংনা মসিমক্তু তশেং তশেংনা খঙনৈ মতৃদি শোক ১৯৭১দা আমেরিকানা শৌগৎপা পাকিস্থান সরকারনা বঙ্গলাদেশকী মীয়াম্বু হাৎ খোক্ত্রনা অমস্থং চরা হেনহন্দুনা মখোয়দা চংজহনখি। মতৃ মীয়াম হাৎপগী থৌওং অমনি। মতৃদা বঙ্গলাদেশকী মীয়ামগী ইহৌ লাক্লবদা নখোইগী পার্টি-গী লুচিংবশিং অমস্থং আমেরিকান সম্রাজবাদিনা (পৃথীবী মন্থংদা শুপ্নগী নখোয়তা) রিএক্সনরি অমস্থং কাউন্টর রি-ভোলুসনরি শক্তিশিংবু শৌগৎপগী অফোংবা ফিরেপ লৌখি।

নখোয়গী পার্টিগী লুচিংবশিংনা শুপ্নগী চিন্দদা শৌগৎলগা তোকখিদে। নংহৌররোইদবগী মতাগুম নখোয়না পাকিস্থানদা নখোয়গী মীহুৎ থাখি অমস্থং পাকিস্থানগী মীহুৎশিংবুস্থ পেকিংদা য়াম্না ফোংনা অমস্থং তরাম-তরাম্না ওকখি। অসি-গুম্বা নখোয়গী থৌদৌশিং অসে **U.S**. সম্রাজবাদিনা য়াম্না থাগৎখি অমস্থং মঙ্গল পিরকখি। পৃথিবীগী মীয়াম্না অসিগুম্বা মীহাৎ অসিগী মায়োক্তা প্রতিবাদ তৌরকলবদস্থ নখোয়না পাকিস্থানগী রিএক্সনরিশিংবু চান্না কোনশিনবিখি।

মরৈবাকপু নিংতমহন্নিংবগী শক্তিশিং (**forces of National liberation**) অমস্থং **Socialism**না, চাইনাগুম্বা **Socialist** লৈবাক অমগী লুচিংবশিংনা সম্রাজবাদি অমস্থং জাতিবু ঙৎ-নৈরিবা শক্তিশিং (**National oppression**) গী মীচংদা লেপখিবদা য়াম্না থাজদবগা লোইননা চঙক্লনা য়েংনখি।

নখোয়না **U.S.** সম্রাজবাদিবু খন্থবা লৈতনা হেক্তা শৌগৎখিবন্থ **Chile** দা কাউন্টর রিভোলুসনরিশিংনা কু (**coup**) তৌখিবা মভাংন্থদা ওইরমাল্লে নিংই। ঙসি মিলিটরি জুনতানা শাথিরবা ৎদোংথিবদা তারবন্থু নখোয়না শেল থূম অমন্থুং পুক্লিং হকচাং ভুনা শৌগৎখি।

**Salvador Allende Gossens** না লুচিংবা **Progiassive Popular Unity** সরকার অন্থ থুগাইনবগীদমক্তা কাউন্টর রিভোলুসন করম্না শেমখিবগে, কনানা লমতাকখিবগে অমন্থুং কনানা খরচ পুখিবা হায়বসে পৃথিবী পুন্নমক্না খঙনৈ। বাফম অসি কৈদৌঙৈদন্থু অরোম্বা খক ওইখিদে।

মতম অন্থদা উখিবশিং অন্থ অচুম্বনি হায়বশি বাফমশিং অসিনা প্রমান অন্থমক পিজে। কাউন্টর রিভোলুসন অন্থমক **U.S.** সম্রাজবাদিগী পোখোক্লি। মন্থ **Chile** দা লৈবা আমেরিকাগী **Multinational Corporation** কয়া অমন্থুং রিএক্সন রি ওইরবা **fecist** কয়াগা **C.I A.** গা চুংশিন্নন্থনা শিনখি অমন্থুং লমতাকখি। হায়রিবশিংশি মরু ওইনা লাম্নিগী অচৌঅশাংশিংগী মরক্তুগী লৌখি। কম্যুনিষ্টশিং, রিভোলুসনরিশিং অমন্থুং চাওখৎপা থৌমী কয়াবু অম্বক মীন্থুংশি য়াওদনা শা ঙাগুম হাৎখিবসিদি হিটলরগী তুংদগী পৃথিবীসিনা খক উরকত্রি। শিখিবশিংগী শরু শয়াং **Chile** গী শুন্থ কোমশিংদা হৌজিক ফাওবা ফংলি।

অহুগা মসিমস্থু অচুম্বা ৱানি মতুদি Chile গী মিলিটরি জুনতাগী মায়োক্তা পৃথিবী পুম্বগী ওইবা প্রতিবাদ তৌরকপা, মখোয়গী মৱা লৌবিদবা, ইন্থোকপা অমস্থুং তোখাইনা তাহম্বগী থৌদৌ কয়াশি হিটলরগী মতুংদগী পৃথিবিদা থক উরকত্রি। মসি মীহাৎপা facism অমস্থুং রিএক্সনগী মায়োক্তা পৃথিবী পুম্নমক্লা পুন্না থেংনবগী থৃদমনি। মসি য়াম্না সিধ লৈবা লাম্থেংনা অমনি।

Chile গী facist সরকার অদু থেংনবগী দমক্তা পৃথিবী পুম্নমক্লা চুংশিন্নখিবদু থুগাইনবগীদমক আমেরিকানা য়াম্না ফিংনা নেনা তাদনা থবক চথবা হৌথি। তশেংবনক নখোয়গী পার্টিনক্লা মীপুন অসিদগী তোখাইনা Chile গী facist জুনতাদা হাথু হাথুনা রাজনিতিগা শকথংবদু (diplomatic recog ition) পিথোকখি। হান্তোকপিরগা Chil গা প্রসিডেন্ট Allende মশাদু লৈরোন চম্বগা থবক ফাওবা তৌদ্রিঙৈদা নখোয়না পে...দা লৈবা Chile গী Ambassador অদু মঙক লাক্তুনা ইন্থোকখি। Chile গী মীয়াম্থু শা ঙাগুম হাৎখিবা মখোয়দুদা মরুপ মপাং ওইবগী মওং উৎনবগীদমক নখোয়না হান্না লৈরম্বা রেকোর্ড থুগাই থৈখায়দুনা মাঙহনখি।

অসিগুম্বা নখোয়গী থৌদৌশিং অসিনা আমেরিকান সম্রাজ বাদিবু ঙাক শেন্থ অমস্থুং শৌগৎপবু নম্রবদি ৱাহৈশিং অমস্থুং ৱাথলকা হায়বসিগী অর্থ লৈরকত্রে। নখোয়না আমেরিকান

সম্রাজবাদিবু অমুক কিজনা অমসুং অমুক হাগু-হাগুনা শোগৎপদি বুর্জুৱা সরকার অমত্তনফাও তৌদে।

অদুনা, সম্রাজবাদিগী মায়োক্তা শাংনা থেনরকপগী ইকাই-খুম্নফম ওইবা ইতিহাস লৈরকপা লৈবাক অমগী লুচিংবশিংনা মীওংপা সম্রাজবাদিগী মীচং করিগী চংলুরিবনো হায়বসি মীয়াম্না ভাব তাবদা য়াম্না থাখি। অদুগা মসিমদি করিমত্তা চিংনিংঙাই লৈখিরে মদুদি আমেরিকান সম্রাজবাদিগী চৈঙাক অমসুং নখোয়গী অরেপ্পা লৈতবা শেলথুমগী অমদি রাজনিতিগী ওইবা মতেংতনা চিলিদ মীহাংপা কাউন্টর রিভোলুসনরি facist শিংনা শক্তি পাইরিবনি।

Angola গী মীয়াম্না মরৈবাক নিংতম্নবগীদমক জাতিয় তাবাদত্তা লুপ্পা Protuges সম্রাজবাদিগী মায়োক্তা শাংলবা অমসুং তমথিরবা লানফম অমা থেংনখি। অদুগুম্বা থৌনা ফরবা লানফম অদু শোগৎপগী মীংদা চিনাগী কম্যুনিষ্ট পাটিগী লুচিংবশিংনা খুদোংথাফাও থাঙংথিদে। চহি কয়া চুপ্পদুদা পৃথিবীগী Socialist লৈবাক কয়া মরু ওইনা সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না মপুংফানা অমসুং অহন্বা লৈতনা মদুবু শোগৎখি। নখোয়না জাতিবু নিংথা তমহন্বগী বাদি মঙাংজৈ অদুবু অহন্বা লৈতনা সম্রাজবাদিশিংগা মীচং ওইবগী বাদি তোকপা তৌদে।

Angla গী মীয়াম্না মখোয়গী নিং-তম্বা ফংজরবা মতুংদা পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বনা মখোয়গী রিভোলুসনরি ডেমোক্রেটিক

গভর্ণমেণ্টপু কুতনিটিগী ওইনা শক-খঙনরকখি। হন্দকসু শক-খঙবদা য়াওহৌদবসি আমেরিকা, চিনা অমসুং খা আফ্রিকাদনি।

তৌইগুম্বসুং আমেরিকান সম্রাজবাদি, খা আফ্রিকা অমসুং নখোয়গী পার্টি লুচিংবশিংনা অসিগুম্বা **Angola** গী লড়াই অসিদা মীচঙ **শঙ্গল** য়াওদবগী মওংদা ইরেম লেম্না লৈথোকখিবগী থৎকসু তৌখিদে। এঙ্গোলাগী মীয়াম্না নিং-খা তম্বা ফংলবা তুংদা ফাওবা নখোয়না আমেরিকা অমসুং খা আফ্রিকাগা লোইননা **C.I.A.** না লুচিংহুনা শেমখিবা, **People Repu-blic of Anola** বু থুগাইনবগী শক্তি অহূদা য়াওশিনখি।

মতাংসিদদি **C.I.A.** গী মিলিটরিগী থুৎশু-থুংলাই পিবদা নংনা মতেং পাংখি অমসুং অহুগুম্বা মতেং অহু শাংনা চথখি।

ঙসি ফাওবা আফ্রিকাগী রিভোলুসনগী খোঙচৎপু ওয়া-তৈনবা মাইকৈদা ওস্থোক্লবগীদমক্তা নখোয়না **U.S.** সম্রাজবাদিগা চুংশিন্নরি।

খাইদগী তুক্কচরবা লোন্দাদা নখোয়না সোভিয়েৎ ইউনিয়ন, কিউবা অমসুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংবু ভাথিনা চৈ-থাঙলি। মরমদি মখোয়না নেসনেল লিবরেসনবু মতেং পাংলি অহুগা নখোয়না সম্রাজবাদিগা মীচং ওই।

Angola, Ethiopia, Afghanistan, Yemen, Burma অমসুং অতোপ্পা লৈবাক কয়াগী য়ৈখাই থোরম কয়াদা নখোয়না আমেরিকান সম্রাজবাদিগা মীচঙ ওই অমসুং শৌগৎলি হায়বসিদা নখোয়না তৌদে হায়না হায়নবগী মরম লৈতে। মসিমদি থম্মোয় য়াম্না শোক্লিঙাই ওইবা অমসুং ইশেং শেংবা থাফমনি মতুংদি সম্রাজবাদিবু কনাগুম্বনা হেক শিঙনরকপা তাঞ্জা অমদা অমসুং সম্রাজবাদিনা খুদোং থিবা হেক তারকপা মতমদা, নখোয়না মখোয়বু মপাঙ্গল কনখৎহন্নবগীদমক রাজনিতিদা, থাখল্লোন্দা অমসুং লাণ্মি ওইনা অরেবা থাহ্না শৌগৎলি। নখোয়দি রিএক্সন, কাউন্টর রিভোলুসন অমসুং ইম্পুরিয়েলিজমগা লম্বেল অমদদা চৎমিন্নৈ।

নখোয়না ভিয়েৎনামগী মায়োক্তা লান্দাহ্না নশামক অচৌবা শক্তি ওইরক্লবগী শিল্লুবা শাজৎ অতু হৌজিক্তি নখোয়না পুকচেল শেংনা লোৎপা ঙমলরোই। সম্রাজবাদিশিংনা তৌবগুম নখোয়না ভিয়েৎনামগী ঈশিং লমদা লানগী জহাজশিং থাজিল্লি। ভিয়েৎনামগী মায়োক্তা নখোয়না Gunboat diplomacy শান্নৈ। মসিমক্তি নখোয় চিনাগী মায়োক্তা সম্রাজবাদিনা চহি কয়া শিজিন্নখিবা খুৎলাই অতুমক্লি।

নখোয়না হৌজিক, চিনাদগী হৌরকপা ভিয়েৎনামদা লৈবা চাইনিজশিংবু ভিয়েৎনামগী সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা শাগৎপগী আইন্না শোক্তনবা দাবী তৌরি। নখোয়না ইন্দোনেশিয়া অমসুং

অতৈ লমশিংদা তৌথিবগুম্না, ভিয়েৎনামদা লৈবা চিনাগী ঈ ওইবা শেঙ্গাও পায়বা অমসুং লৌয়াম চাবশিংনা ভিয়েৎনামগী প্রজা কয়াবু—(চিনাদগী হৌরকপা কয়া য়াওনা) মথা তানা ওৎ-নৈবত্নু য়াহল্লু হায়না দাবী তৌরি।

নখোয়না ৰাবিরিবসি চিনাদগী হৌরকপা ভিয়েৎনামদা লৈরিবা লৈত লাইর শীগ্নি কয়াগী নত্তে। নখোয়নবু দি মখোয়তুগীদমক্তা ৰাবিরিবনি হায়না পৃথিবী পুম্নমকপু থাজহনিংই। তশেংবমক্তি নখোয়না ৰাবিরিবসি চিনাদগী হৌরকপা ভিয়েৎনাম দা লৈবা ইনাকখুন্নশিং হুংঙাই-য়াইফ কাংবুতুগীনি। মসিমক্তি নখোয়গী বুর্জ্জুং। নেসনেলিজমগী তেংবাং অতু লৈবাক ঙমথে লান্না পিবগী ৰানি। নখোয়না শিগ্নিশিংগী কাংলুপকী মীৎয়েং অমসুং ৰাখল্লোন্বু সম্রাজবাদি অমসুং কেপিটেলিষ্টকী কাংলুপকী ৰাখল্লোন্না মহুৎ শিন্দোক্লে।

মীরোল কয় চুপ্পা আমেরিকা, ফ্রাঞ্চ, জাপান অমসুং ফিউ-ডেল চিনাগী লানফম কয়া মায় পাক্লা লাম্হেংনরক্লবা ভিয়েৎনামগী প্রজাশিংবু অমুক হন্না চিনাগী লাগ্নিশিংনা ধনকা তৌই, আক্রমন তৌই অমসুং ওৎপি-নৈবি হায়বা ৰাসিদি য়াম্না তাইওনবা ৰানি। মসিমক্তি পৃথিবীগী মী কোটি কোটি কয়াগী (আমেরিকা সম্রাজবাদিবু থেংনবদা ভিয়েৎনাম্বু শৌগৎলিবা আমে-রিকা মশামক্কী প্রজা লাক্ষ কয়া য়াওনা মায়োক্তা লানহৌ অমনি। নখোয়গী থুৎলাই পায়বা লাগ্নিমক্, সম্রাজবাদিশিংগী

লাণ্মিগী মহুৎ শিন্দুনা ভিয়েৎনামগী শজাশিংবু ধমকা তৌই অমসুং ওৎ-নৈবী হায়বসিমকসু তাইওন্নবা বানি।

নখোয়না থায়নগী চাইনিজ লৈভাকপশিং অমসুং বুর্জুৱা নেসনেলিষ্টশিংগী রাখল্লোনশিং অতু নৌহৌননা লৌখৎতুনা থবক ওইনা পাংথোক্লে। রাখল্লোন অতুমক্তি অসিনি— কদাইদসু লৈবা ওইসতু, চাইনিজবু ওইরবদি মখোয়না মীৎয়েং অসি থমগদবনি "চাইনিজশিংনা লৈবা লমদম খুদিংমক চিনানি"।

ভিয়েৎনামগী কম্যুনিষ্টশিংনা হংখিবা অরুবা বাহং অমদি নখোয়না খুমখিদ্রে। "কেপিটেলিষ্ট ইন্দষ্ট্রিক অমসুং ললোন-ইত্তিকপু ওন্থোকপদা তঙাইফদনা পুল্লিবা হোংফদ্রবা সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসনগী আইনশিং অতু মীওই খরদদি, চিনাদগী হৌরকপা ওইবগাদনক পান্দবা চুম্বা? হায়রিবা মীওইশিং অসিগী মরল মথমদি ভিয়েৎনামগী শাণ্মি কয়াগী ঈনা হুনাং ওন্থোক্তুনা তানখিবনি। পৃথিবীগী অতে মফম কয়াদা মীতুংশি য়াওদবা অওৎ অনৈ, মীহাং মীপুন নংলবা চিনাগী লাইর অনং অমসুং শিণ্মি কয়াবুদি থৌশাবিবা তৌদ্রগা চিনাদগী লাকপা ভিয়েৎনামদা লৈবা শেঞ্জাও পায়বা চাইনিজ খুজোক তমখক্কাবুদি করিগীদমক চিনানা অমুক পুক্রিং লুপলিবনো" ?

নখোয়না ভিয়েৎনাম অমসুং সোভিয়েৎ ইউনিয়ন, সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক অনিগী মরুপ মপাং ওইনবগী সন্ধিবু

হন্দুনবুদি তাথিনা ঙাঙলি। অদুগা নখোয়দি জাপানগুম্বা সম্রাজবাদি লৈবাক অমগা অদুগুম্বা সন্ধিদা শোই তৌই।

নখোয়না মসিমদি থঙই হায়বসিদি ঐখোয় তশেং-তশেংলে মতুদি আমেরিকান সম্রাজবাদিনা জাপান চিনাগী সন্ধিবু পাম্মী। মরমদি মসিমক্না **Far east country** শিংদা মখোয়গী মখাদা শক্তি শাগৎনবগী যুম্ফম ওইগনি হায়বসি আমেরিক্কানা উই। অদুগা সম্রাজবাদি জাপান্নসু সন্ধি অসিনা মখোয়গী লিরবা মঙ, নোঙপোক এশিয়াদা পুন্না চাওখৎমিন্নবা মফম অমা শেম্বগী হাফমতু নৌহোননা পুখৎলকুবগী যুম্ফম ওইগনি হায়বসি উই।

মপুং ওইবা হাখন্দদি জাপান চিনাগী সন্ধি অসি সোভিয়েৎ ইউনিয়ন, ভিয়েৎনাম অমসুং লাউজগী মায়োক্তা অমসুং সধারন ওইনা নেসনেল লিবরেসন মুভমেণ্টগী মায়োক্তা তৌহনখিবনি। সম্রাজবাদি আমেরিকা, **racist South Africa** অমসুং চিনাগী মরিশি হন্না হন্না নৌখংহন্দুনা থনলি। শোক ১৯৬৮—৬৯ (**in the late 60s**) দা **Nigeria** দা লান থোক-খিবা মতমদা, আমেরিকানা অপুন্বা অমসুং মপুং ফানা নিং-তমলবা **Nigeria** অনা পামদবদগী নখোয়গী পার্টিগী লুচিং-বশিংনা আমেরিকান সম্রাজবাদিবু শোখৎতুনা **Nigeria** দগী তোখাইনা তানিংবা কাংলুপ্তা থুংশু-থুৎলাইনচিংবা পিশিনখি।

Somalia না সম্রাজবাদিগী মীচং চংলকলবা, অমসুং Ethi-opian রিভোলুসনবু থুগাইনবগী অথৌবা থুৎলাই অমা ওইরক লবা মতমদা নখোয়না Somalia দা লাগ্নিগী মতেং পিবা হৌখি।

অমুকসু Zaire দা রিএক্সনরি শক্তিশিংগী মীচংদা লেপ্পা NATO গী লাগ্নিশিংদা নখোয়না মপুং ফানা তেংবাংখি। Racism হায়বসি imperialist oppression গী থুৎলাই অমনি। হায়রিবসিমক মরুওইনা আফ্রিকাদা থোকই। খা-আফ্রিকাগী অমসুং আমেরিকান সম্রাজবাদিগী racist পোলিসিবু নখোয়না শৌগৎপসি racism বু শৌগৎপনি। মসিমক racism নি।

হায়খ্রিবা থৌদোক কয়াসিদা নখোয়না অরাম্বগী নাকন্দতমক লৈখি। নখোয়গী থৌদো পুম্নমক সম্রাজবাদিবু শৌগৎনবগীদমক ওইনা থোকখি। নখোয়দি নেসনেল লিবরেসনগী স্ত্রগলগী মায়োক্তদমক লৈ। নখোয়দি নেসনেল oppression গী মীচংদা লৈ। সমাজবাদ তান্নবগী লড়াই কয়াগী মায়োক্তা নখোয়না হেক হেক লৈ। অতুনদি থাফম অসিমদি তশেংলে মতুদি নখোয় সধারন ওইনা কাংলুপকী লড়াইগী মায়োক্তা লৈরে। মসিমক্তা নখোয়বু পৃথিবী পুম্নমকী ওইবা রিভোলুসনগী খোঙচৎকী মায়োক্তা থমলরে।

নখোয় মসিমদি চেকশিনগদবনি মতুনি নখোয়গী থৌদো পুম্নমকসিনা পৃথিবীগী মফন পুম্নমক্তা তৌনরিবা জাতিগী

নিং খা তম্নবগী লড়াইগী মায়োক্তা অকন্বা শাফু অমগুম থোকলে।

নখোয়গী থৌদৌশিংশিনা পৃথিবী শিন থুংনা সোসিয়েলিজম শাগৎলকপগী ইহৌগী মায়োক্তা কাউন্টর রিভোলুসনরি ফ্কোর্স হায়বদু ওইররে।

অসিগুম্বা মশক নাইবা নখোয়গী শাজং অমস্থুং থৌদৌশিং অসিগী মথক্তা নখোয়গী লুচিংবশিংনা মীওইবনা থাজবা ঙমদবা-মখৈ জ্ঞান য়াওদবা বাফম অমগা শন্দোক্লি "মীরোল থুদিংগী লাঞ্জাও থোক্কদবনি মরম অদুনা তৌগদবা থবক্তি লাঞ্জাওগী-দনক শেন শাবনি"।

বাফম অসিমক ১৯৭৭ তা ফনখিবা ১১ শুবা নখোয়গী পার্টি কংগ্রেস অমস্থুং শোক ১৯৭৮ দা ফনখিবা ৫(মঙা) শুবা নেসনেল পিপলস কংগ্রেসকী এজেন্দাশিংগা য়াওখি। অকোন্বগী মীফম অসিদা **Hu-Kuo-Feng** না হায়খি "এখোয়না লান্থেংনবগী গুন হেঙ্গৎহন্নবা অমস্থুং লাণ্গীশিংগী থৌনা হাপকৎনবা অদুগা লোয়ননা লানগাদমক শেম শাবসি অনৌবা রাংখৎপা থাক অমদা পুখৎলকনবা লৈজবি থাদুনা হোৎনবা তাই"।

পিপলস রিপব্লিক ওফ চিনা শেমখিবগী কুমওন পালন অমদা হন্দক্তা ফেংখিবা আর্টিকল অমদা নখোয়গী পার্টিগী

সেন্ত্রেল কমীটিগী মেম্বর অমসু ওইরিবা ঙাকশেন মন্ত্রিনা হায়খি "লাঞ্জাও হায়বসি পুন্সিদা থোকফম থোকপা থৌদোক অমনি (war is a norrl occurance)"। অমসুং মহাক্কী অয়েৌবী থাজবা অদু মথাগী থাকম অসিনা উৎখি "অদু মশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অমা করিগুম্বা হুমাঁং অমদা হেক্তা থোকলবা য়াই।

অতোপ্পা আর্টিকল অমদনা নথোয়গী আর্মী ষ্টাফকী ডিপুটি চিফনা ফোংদোকখি "অচৌবা মাঙ তাকনিংঙাই ওইবা লাঞ্জাও অমগীদমক চিনানা থৌরাং তৌদুনা লৈগদবনি"॥

মসিদি য়াম্নদুন ঙক্না থোকই মদুদি নিয়ম অমা ওইনা লাঞ্জাওবু শৌগৎপা, মীরোল খুদিংমক্না শোইদনা থেংনফম থোকপা অমগুম লৌবা রাজনিতি কাংবুদি পৃথিবীগী মহুংনা শুপ্নগী নথোয়গী লুচিংবশিং মসিতনি॥

নথোয়না লানবু "মীরোল খুদিংনা নংগদবনি" হায়বগী বা অদুগা "লান হায়বসি পুন্সিদা থোকফম থোকপা থৌদাক্নি" অমসুং "চিনানা অচৌবা লান অমগীদমক থৌরাং তৌগদবনি" হায়না ঙাংলিবশিংশি চিনাগী য়ুমথংনবা লৈবাক কয়াদা নথোয়না লান্দানবা শিন্নবু কুপশিন্নবা থৌরাংনি অমসুং নথোয়গী "হেন্না চাওবা চিনা অমা" শাগৎপগী থৌরাংনি। নথোয়না লানগীদমক খোমজিন তাশিন্না পুম্বশি সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মায়োক্তা তাথিন্না শন্দোক্লিবদুগা মরি লৈনহল্লি॥ নথোয়না সম্রাজবাদিগী মায়োক্তা লড়াই তৌবগী থাখল্লোম্বু সম্রাজবাদিবু

শৌগৎপা অমসুং মখোয়গা লোইননা থবক তৌমিন্নবগী ৱাখল্লোন্না মহুৎ শিন্দোকলে ॥

নখোয়না অন্তরজাতিগী শীণ্নি কাংলুপ পুম্বগী ৱাখল্লোন্নু অথুবা জাতিয়তাবাদকী ৱাখল্লোন্না শিন্দোক্লু অমসুং মহুনা সম্রাজবাদিবু শৌগৎনবগী লম্বী পিরি ।

নখোয়না উংখৎনবা নেমথহন্নবগী অমসুং শান্তি ওইনা হিংমিন্নবগী নোম লিকপগী মহুত্তা উংখৎনবা হেনগৎহন্বা অমসুং লান্দাহুনা নখোয়গী লৈবাক পাকথোক শন্দোক্নবগী থৌরাংনা শিল্লে ।

চিনাগী নহারোল মীরোল অমবু, অতোপ্পা সমাজবাদ লৈবাকশিংগী মায়োক্তা তৌগদবা অচৌবা লানফম অমগীদমক শেম শাগদবনি হায়বসিদা থাজহন্নবগীদমক নখোয়না হোৎনরি । মসিদি কয়াদা অকিবা ফংলবা ৱাখল্লো ? মসিদি ৱাখল্লোন্দা, রাজনিতিদা অমসুং বিচার শক্তিদা পুমশোং শোৎথবগী মওংনি

হৌজিক্তি নখোয়না সম্রাজবাদিগা য়ানবা অমসুং তেংবাংনবগী থবকসি অনৌবা হেন্না খুদোং থিনিঙাই ওইবা লমদা চংলক্লে

ইম্পিরিয়েলিজমগা লাণ্মিগী শক্তিদা চুংশিন্নবা হোৎনবা নখোয়গী লাংলৌশিং, নখোয়গী লান্বু শৌগৎপা মতৌশিং অসিদি পৃথিবী পুম্নমকপু মাংহন তাকহন্বা ঙম্বা নিউক্লিয়র লানফম অমা শাগৎপদা অচৌবা মচাক ওইররে । তৌইগুম্বসুং নখোয়দি নিউক্লিয়র ৱার অমবু অসুক মাঙতাক্লিঙাই ওই হায়বসিদি খক

খন্দে মরমদি খুৎলাই থাদোক্লবগী মরিদা ফম্বা **U. N.** গী মীফমদা নখোয়গী বিদেশ মন্ত্রিনা মাও সে-তুংগী মমাঙগী ৱাফম তুংইন্না হায়খি "মীওইবা পুন্নমকপু মাঙ তাক্লিঙাই ওইনা ৱদোং থিগনি হায়নরিবা নিউক্লিয়র ৱার অমগী অকিবা ৱারিশিংশি চিনাগী মীশিংনা থাজদে"। আমেরিকাগী মচিন চৎপা মীওই খরনস্তু নখোয়গী মোৎ অসিদা য়াই। **Zbigniew Brzzinsky** হায়বা রিএক্সনরি মীথিঙ্গাই অদুনা পেকিং চৎলুবদগী হল্লকপদা "নিউক্লিয়র ৱার অমনা মীওইবা জাতিবু লোইশিনহনগনি" হায়বা ৱাসিদি অর্থ থোক্তবা লৌনদ্নি হায়না ককথৎখি অমস্তুং নিউক্লিয়র খুৎলাইনা মীওইবা জাতিবু পুমতুম তুমহনগনি হায়না খৱসি নাতৈচাদবা ৱানি হায়খি। "তশেংনা মশিংগী হিসাবলোম-দা য়েংনরবদি আমেরিকানা মহাক্কী লৈজবি খুৎলাই পুন্নমক রুশিয়াদা শিজিন্নরম্বা অদুগা রুশিয়াগী অরৈবা খুৎলাই পুন্নমক আমেরিকাগী মায়োক্তা শিজিন্নরবা অদু ওইরবস্তু মীওইবা জাতিগী অরোইবা হায়বদুদি খক ওইরোই"

অসিগুম্বা ৱা অসিদি মপান্দা লেপলগা পঙাং ঙাংবা চোই-রোলনি। অস্তুন্না নিউক্লিয়রদা ঙাওরিবা নিপা অসিমক **Carter** গী **National Security Affairs** কী **Chief advisor** নি

মাও সেতুংস্তু অসিগুম্বা চোইরোল অসিমক শোক ১৯৫৭ তগী হৌনা লোনথ্রবনি "তুংগী লাঞ্জাও অমা থোরকপদা মী কয়াগী মথায় মাঙহনগদগে কনানা হায়বা ঙমগনি ? মসি পৃথিবীগী

অপুন্বা মীশিং বিলিয়ন ২'৭ গী অহুম থোক্পপী ১ কা ওইবা য়াই; হায়বদি পুন্না মী মিলিয়ন ৯০০ রোম ওইগনি। অদুবু ঐনা খন্বদি এতোম বোন্নচিংবা চান্নানা শিজিন্নবা থোকলবদি পিরিবা মশিং অসি য়াম্মন্দে। তশেংবমক মসি অমরোমদদি অকিবগী মশক ফংলিবনি অদুবু অমরোমদা অমুক য়েংলগদি মীওইবা জাৎকী তঙখাই অমা হাৎখ্রবস্থ পুক্নিং হুভাইতনিঙাইদি কৈস্থ লৈতে ... ... ... ... মীওইবা জাৎকী তঙখায় অমা হাৎখ্রবস্থ অতোপ্পা তঙখায় অমতুদি লৈহোরিদনা ... ... ... চহি ৫০ নত্রগা ১০০ গী মনুংদদি মীশিং অদু অমুক হন্না য়ামখংলক্নি, তঙখায়দুদগী ফাও হেল্লকপা য়াই”

নিউক্লিয়র লাঙ্গাও অমগী মরমদা নখোয়গী বিদেশ মন্ত্রিনা হায়খিবা বাফমদু শোই লাক্নুনা হায়দোকখিবা হায়বদু নত্তে। হান্না ঙাংখিবা বা কয়াদস্থ মহাক্না হায়খি “কনাগুম্বা মীওই অমনা ফনা তৌদুনস্থ খুংলাই থাদোক্নবগী ওইরোইদবা মঙদি মঙলোইদবনি অমস্থং নিউত্রোন বোম হায়বসিদি অদুক হাক্না ফত্তবা খুংলাইস্থ নত্তে”।

হায়রিবা বাফমশিং অসিদদি নখোয় সম্রাজবাদিগী পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোই শারি। আমেরিকা সম্রাজবাদি, **Pentagon** গী শক্তিশিং অমস্থং মরু ওইনা মতুগী **right wing reactionary** শিংদি নখোয়গী পাঙাং, শাজৎ অমস্থং থৌদোশিংদা য়াম্না হরাঙবা পোক্লে।

মসিগী ফল ওইনা চিনাদা মিলিটরি টেকনোলোজি অমস্তুং মচাক মথুম Supply তৌবা য়েংশিনহন্নবগীদমক **Carter** গী সরকারনা থারেপ লৌখ্রে। হায়রিবাশিংশি মীরৈবাক্তা লান্দবদা মপুং ওইনা শীঙ্গিন্নবগীদমক্তনি। নোংচুপ লোমগী শক্তিশিংনা চিনাদা লানগী মতেং পিশিন্বদা আমেরিকান সম্রাজবাদিগী মচিন চংপা মীওই শংনা পুক্লিং থৌগৎতুনত্তা লাক্লিবনি।

লানগী মরু ওইবা খুংগু খুৎলাই মপান্দা থাদোক্নবগী মরিদা শেম্বা **NATO** গী Co-ordinating Committee না চিনাদা খুৎলাই য়োয়গী থাফম অমা হন্দক্তা য়াখ্রে। নখোয়গী সরকারগী মচিন চংপা মীশিংনা নখোয়না পামজবা পোৎশিংগী লিষ্ট অমা পুথোকখ্রে। মতুদা লান্থেংননবা এরোপ্লেন, মী অমস্তুং পোৎচৈ পুথোক পুথোকনবা তৌনবা এরোপ্লেন, হেলিকোপ্তর, টেঙ্কস, মিসাইল অমস্তুং অতোপ্পা লানগী পোৎচাক কয়া য়াওরি। অদুগুম্বা লিষ্ট অমস্তুং লানগী পোৎচৈশিং অদুনা নখোয়গী সম্রাজবাদিগী মিলিটরি এলাইন্স অমা শাগৎনবগী ভাক্তো ওইরে।

নখোয়না করিগীদমক্তা লৈজবি থাদুনা লানগী পোৎচৈ লৈশিন্বদা অস্তুক কুংঙাইহৈরিবনো হায়বসি খল্লুবদা কান্নফমবু লৈতে। নখোয়না নখোয়গী অনিংবদু ফোংনা হায়খ্রে অমস্তুং লনাই ওইনা সম্রাজবাদিগী খুৎপুদা শোয়দনা ওইনা হায়খ্রে

মতুদি নখোয়গী লানগী থৌরাং শাগংপা পুম্নমক সোভিয়েৎ ইউনিয়ন, ভিয়েৎনাম, মঙ্গোলিয়া, অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং, অহুমশুবা পৃথিবীগী লৈবাকশিং অমস্তুং অখন্নবা চিনাগী য়ুমথংনবা লৈবাকশিংগী মায়োক্তনি। নখোয়না মতম চুপ্পদা আমেরিকান সম্রাজবাদিদা শোয়দ-বা হায়তুনতা লৈ মতুদি নখোয়না সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মায়োক্তা অচৌবা অমস্তুং মাঙ তাক্লিঙাই ওইবা লাঞ্জাও অমগীদমক শেম শারি।

মরমদি লান থোরকপগী মায়োক্তা লড়াই তৌবগী বাখল্লোন্থ নখোয়গী অঙাওবা লান শোগৎপগী বাখল্লোন্না মতুৎ শিন্দোকখ্রে। নখোয়গী শাজৎনা হৌজিক্তি অচৌবা লাঞ্জাও অমা মরু ওইনা নিউক্লিয়র লাঞ্জাওগী মাঙ-তাকপগী খুদোঙ থিনিঙাই ওইবত্ অমূক্তা হেঙ্গৎহল্লে। নখোয়গী লাঞ্জাও শোগৎপগী বা অমস্তুং লাঞ্জাওগীদমক শেম-শাবা অসিনা অচৌবা চুঙ্গোই অমা ওইনা থোকলরে। মতুগী মরুমদা **Pentagon** অমস্তুং সম্রাজবাদিগী শক্তিশিংনা লাঞ্জাও অমগীদমক শেম-শারি।

লেনিন্না য়াম্না চুম্বা বাফম অমা হায়রম্মী মতুদি পৃথিবীগী রাজনিতিগী লমদা খ্বাইদগী লুরিবা বাহংদি "কনানা কনাবু শিজিন্নরি"। নখোয়নদি পৃথিবী সম্রাজবাদি লৈবাকশিং মরুওইনা আমেরিকান সম্রাজবাদিবু নখোইগী খুদোংগী মতুংইন্না শিজিন্নরি হায়না ভাবনা শাজরমম্বা য়াই। হোই, পৃথিবীগী সম্রাজবাদি লৈবাকশিংগী মনুংদা লৈরিবা মুক্রববু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবা

হায়বসি ওইথোকই। অদুবু নখোয়না তৌরিবসিদি মদু নত্তে। নখোয়না তৌরিবা থৌদো অসিনদি পৃথিবীগী সম্রাজবাদি লৈবাকশিংনা শিগ্নিগী অন্দলোন কয়া, জাতিগী নিংখা তম্বগী লড়াইশিং অমসুং World Socialism বু মখোইগী খুদোং চাননবা মচেং মচেং তাহন্নদা লায়থোকহল্লে। তশেংবমক অচুম্বা মচেং তাহন্বা অসিগী মপুং ওইবা খুংলাইদি নখোয়না ওইরে।

নখোয়না আমেরিকান সম্রাজবাদিদগী করিগুম্বা খরা ফংগনি হায়না ভাবনা শারি। ঐখোয়না মসিমদি থাজরে মদুদি অসিগুম্বা নখোয়গী মঙশিং অসিনা নখোয়বু য়াম্না অচৌবা অমাঙবা থোকহল্লনি। সম্রাজবাদিগী dining table দগী নখোয়না তল মচেং-মরাং, অরেম-অপা খর-বুদি ফংবা য়াই। তৌইগুম্বসুং নখোয়গী থৌওংশিং অসি-দগী মহৈ ফজনা চারিবদি আমেরিকান সম্রাজবাদিনি। পৃথিবীগী করিগুম্বা মফম অমদা সমাজবাদ শাগৎলকপদা, আমেরিকাবু নমথাক তৌহনা মদুদা শৌগৎহনগনি হায়না কনাগুম্বনা খল্লবদি মদু য়াম্না খুদোংথিনিঙাইগী মশক্নি।

ঐখোয়গী দলনা মতম চুপ্পদা ঐখোয় লৈবাক অনিগী ফজবা মরি থমনবগী থেংনদুনতা লাক্লিবনি। অদুম ওইনমক ঐখোয়গী পুক্নিং শোক্লিবা রাফমসিমা ফোংদোকহোদ্রবদি ঐখোয়ংপুকচেল

শেংবা হায়বতু খরা ওইরোইদোরে। মাফম অতুদি—চিনা অমসুং আমেরিকাগী মরক্তা কুতনিতিগী অমসুং ললোন ইতিক্কী মরি থমনখ্রিবসি নখোয়না আমেরিকান সম্রাজবাদিগী শাজংপু শৌগৎপদগীনি।

করিগীদমক **Carter** সরকারনা আমেরিকা, চিনাগী কুতনিটি মরি থম্নবা চংশিনহ্রিবনো হায়বসিদা মফে খঃিংাই বৈস্থ লৈতে। **Carter** সরকারনা মসিমদি মুন্না ভাব তাই মতুদি সমাজবাদ চংলবা লৈবাকশিংগী মায়োক্তা নখোয়না চথরিবা তমথিবা শাজংশিং অসিদা চিনাবু খুংলাই ওইনা শিজিন্নবা য়াগনি। মতুগা লোইননা **National Liberation** গী শক্তিশিং, এশিয়া, অফ্রিকা অমসুং লেটিন আমেরিকাগী চাওখংলক্লিবা লৈবাকশিংগী মায়োক্তা তকশিন্বতুগী খুংলাই চিনানা ওইবা য়াগনি। সম্রাজ-বাদিগী থৌদো খুদিংমক মরুপ মপাং ওইবগী মাখল অমদি অচুম্বগী যুম্ফম মথক্ত খক শাগৎপা নত্তে।

আমেরিকান সম্রাজবাদিগী মাখল্লোন, রাজনিতি, আর্থিক অমসুং লানগী শক্তি কনখৎহল্লনচিংবা হিরম পুম্নমক অসিগী মপুং ওইবা হৌফমদি **anti—Sovietism** হায়বসিনি। খর ঙনখৎপা মতম অমদা **detente** অমসুং উংখৎনবা নেমথহন্বগী মায়োক্তা নখোইনা চংশিনখিবা লাঙ্গং অতু মশক লোৎনবা "সম্রাজবাদিগা ইংনা লৈমিন্নবা" হায়বা শাজং অমা লৌথি। অতুবু হৌজিক্তি নখোয়না ময়েক শেংনা মতুগী ময়োক্তা লৈরে

অমসুং আমেরিকান সম্রাজবাদি অতুগা লোইননা NATO লৈবাকশিংদা detante য়াদনব, খুংগু-খুংলাই চাং ককথবনচিংবগী সন্ধি অমত্তা তৌদনবা বা হায়রে। মরমদি নখোয়না হায়রি "মসুম তৌবনা NATO লৈবাকশিংবু শোন্থহনগনি"।

শোক ১৯৭৭ তা নখোয়গী ডিপুটি প্রাইম মিনিষ্টর Li-Hsien—Nien না হায়খি "সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না কনখৎলকপবু থিংননবা ইউরোপনা মপাঙ্গল কনখৎলকপা ঐখোয়না পাম্মী"। অতুনা অবাংগী শওম অঙৌবসি নমথনবা আমেরিকাগা চিনাগা মতেং পিনবা দরকার ওই"।

সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক অমগী লুচিংবশিংনা সম্রাজবাদিবু মপাঙ্গল শোন্থগ্রগনি হায়না খন্নীতুনা ফোংনা মপি তারকপা অসিদি তশেংনমক অবাবগী মতম অমনি। মতাংসিদা নখোয়না সম্রাজবাদিবু মথা তানা খুংলাই পিশিন্না অমসুং মপাঙ্গল কনখৎহন্নবগী বাফম চথরি।

নখোয়না সম্রাজবাদিগা য়ানতুনা চংমিন্নবগী বাথৈফমসি "সেভিয়েৎনা চিনাদা লান্দানবগী থৌরাং তৌরি" হায়বসিনি। তশেংবমক্তি নখোয়সু খংই মতুদি Charge অসি নখোয়না পুরা শেমজিন্বনি। করিগুম্বা সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না মসিগুম্বা বাখলবু লৈরমরবদি ঙসি ফাওবা মখোইনা কৈদৌহুংদসু ঙাইরমলরোই।

নখোয়না অচুম্বা বাফম অসিমদি য়াদবা ঙমলোই মতুদি সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংবশিং অমসুং

মখোয়গী সরকারনা হন্না হন্না হিরম খুদংমক্তা চিনাগা চান্ন-চিন্ননা লৈনিন্ননবগী য়ন্নবা পুরক্নবগী খোরাংবা উৎলি।

অনৌবা লম জয় তৌশিনহুনা লৌশিন্বা হায়বসিনা সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী শাজৎপু ওইরমলবদি অনিশুবা পৃথিবী লাঞ্জাও মতুংদগীদি মখোয়না তৌরক্লিবা থৌওং অসিদগী খেন্নবা মওং অমদা তৌরমগদবনি। **Manchuria** দা জাপানিজশিংবু সোভিয়েৎনা মায়থিবা পিবা মতমদা (মহুমক্তি জাপানগী কংফাল লংগী খাইদগী চাওবা লাশ্মিনি) সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না চিনাগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংগী মখাদা লৈবা লাশ্মিশিংদা, জাপান্দগী লৌহোবা লানগী খুৎশু-খুৎলাই পুন্নমক অমস্নুং মহুগী মথক্তা সোভিয়েৎ লাশ্মিনা শিজিন্নরিম্বা খুৎশু-খুৎলাই পুন্নমক পিখোকখি।

মহু পুন্নমক অহু লাক্ষ ১৫ গী (কংফাল, ঈশিং অমস্নুং নোংথক লাশ্মি য়াওনা) মতিকচানা শিজিন্নবা ওকপা হৌজিক্কী অনৌবা খুৎশু খুৎলাই ঙাক্তনি। নখোয়না খঙলিবহু মঙাই অসিগুম্বা সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না পিরম্বা খুৎলাইশিং অসিগী মতেংনা নখোয়গী ইতিহাসিক ওইরবা রিভোলুসন অহু মায় পাকখ্রিবনি। থৌদৌ অসি নখোয়গী লমবু জয় তৌহুনা লৌশিন্নিংবা শক্তি অমগী শাজৎ নত্তে হায়বসিদি হায়রুহুনা কান্নদে।

মাও-সে-তুংনবুদি কুপশিন্নবা ফনা কন্না হোৎনজগ্রবস্নু নখোয়ন্দি খঙই অমস্নুং পৃথিবী পুন্নমরুস্নু খঙই মহুদি চাইনিজ

রিভোলুসন্না মায় পাক্লবা মতুংদা, সোভিয়েৎ ইউনিয়ন অমস্তুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংনা মশিং থিঙমদনা ডোলর কোটি কয়াগী হেক পিবা য়াবা মতেং পিরকখি। মখোইনা চিনাদা ইন্দষ্ট্রিগী **Plant** পুন্নমক, খোংগী অমস্তুং **transport** কী পোৎচাক পুন্নমক চিনাদা পিখি। মতু চিনানা কৈদৌঙৈ শিংলক্কদগে নত্রগা শিংলকলরোইদ্রা হায়বগী ৱাখলগা লৈখিদে। মসিমু নখোয়বু জয় তৌনিংবা লৈবাক অমগী শাজং নত্তে।

নখোয়গী **anti-Sovietism** প্রচারদা, নখোয়গী ৱাখল্লোন্বু শীংথি কাংলুপ য়াদবা অমস্তুং সম্রাজবাদিগী খাই-দগী রিএক্সনরি ওইরবা, **Socialism** বু য়াদবা হায়বা ৱাখলোন-গা তোংশিংনহনগ্রে। হৌজিক্তি সোসিয়েলিজম অমস্তুং নেসনেল লিবরেসনগী শক্তিশিংগী মায়োক্তা নিভক্রিয়রগী অচৌবা লাঞ্জাও অমা থোক্লনবগী শিল্লিবা সম্রাজবাদিগা নখোয়গা তশেংনা মীচং চুংশিন্নরে। নখোয়না **Zbigniew Brzezinski, Senator Henry M. Jackson** অমস্তুং অতোপ্পা মী-থিঙ্গাইশিংগা হৌজিক্তি খুৎশম্নরে। তশেংবমক হেক হায়রবদা **World Imperialism** পী **National Liberation** য়াদবা, সোসিয়েলিজম য়াদবা অমস্তুং শীংথি কাংলুপকী মায়োক্তা লৈবা থুৎপুশিংগী মস্তুংদা নখোয়না লুচিংবা ৱাখল্লোন শন্দোকপা শক্তি অমা ওইরে।

নকোয়গী হোংদবা ৱাহৈ **"two Super powers"** অমস্তুং **"hegemonism"** হায়বনচিংবা ৱাহৈশি নখোয়না

আমেরিকান সম্রাজবাদিবু শৌগৎপা শাজং চৎপা অমসুং পৃথিবী অয়াম্বা শরুকপু নমথত্নুনা নখোইনা পান্নিংবগী মঙ অত্নু কুপশিন্নবা হায়জবনি হায়বসে হৌজিক্তি অয়াম্বা মীনা, মরুওইনা পৃথিবীগী রিভোলুসনগী খোঙচত্তা শরুক য়ারিবা-শিংনা ইফোং ফোংনা খণ্ডনরে।

আমেরিকা, জাপান অমসুং **NATO** গী সম্রাজবাদি শক্তিশিংনা সোসিয়েলিজম শাগৎপা অমসুং নেসনেল লিবরেসনবু থিংননবা হোৎনবদা নখোয়না মতেং পিরি। মসি এশিয়াগী অপিক অপিকপা লৈবাকশিংবু নমথত্নুনা নখোয়না পান্নবগী হোৎনবত্নুদা মখোয়দগী শৌগৎপা অমসুং অশীবাদ ফংগনি হায়-বগী অশাদনি।

ফম অসি নখোয়গী ডিসেম্বরদা তৌখিবা খাইদগী নৌরিবা সেন্ট্রেল কমিটিগী **Statement** না ময়েক অমুক্কা হেন্না শেংদোকহল্লে। মসিদা "**hegemonism** গী ময়োক্তা অন্টর জাতিগী ওইবা ইউনাইটেৎ ফ্রন্ট অমা পুখৎপদা য়াম্না মরুওইবা অমসুং অনৌবা মায় পাকপা অমা ফংলে" হায়না দাবী তৌরি অত্নুগা "অন্টরজাতিগী ইউনাইটেৎ ফ্রন্ট অসি শেমগৎপদা," "চিনা জাপানগী সন্ধি," অমসুং "চিনা আমে-রিকাগী মরক্তা ফজবা মরি থম্বা" দা নখোয়না তৌখিবা "থৌদাংশিং" হায়বা লিষ্ট অমা মখা তানা ফোংখি। মসিনা অমুক্কা হেন্না ময়েক শেংনা খণ্ডহল্লে মত্নুদি নখোয়গী "ইউনাইটেৎ

ফ্রন্ট” হায়বসিদি সোভিয়েৎ ইউনিয়ন, অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং অমসুং চাওখৎলক্লিবা লৈবাক কয়াগী মায়োক্তা শেম্বা সম্রাজ্যবাদিগী শক্তিশিং অতুবুনি।

ইউরোপতা **NATO** গী মিলিটরি এলাইন্সনা মখোয়গী খুৎলাইগী শক্তি শাগৎপদা নখোয়না পুক্নিং থৌগৎলি। অমসুং পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা চথরিবা নেসনেল লিবরেসন গী মায়োক্তা লৈবা কাউন্টর রিভোলুসনশিংগা নখোয়না মীচং চুংশিন্নে।

**U. N. O.** দা পুখৎলকপা শান্তি ওইনা লৈবা অমসুং খুৎলাই থাদোক্লবগী মফম পুন্নমক্তা নখোয়গী মীহুৎনা মকন্থি থোক্লা মায়োক য়াই।

মসিগুম্বা থৌদো অসিবু নখোয়না করিগীদমক্তা তৌরিবনো? অমুক মাঙ তাক্লিংঙাই ওইবা হিরম অসিদা নখোয়গী দলগী লুচিংবশিংনা মতম অমুক শাংনা খুথারকলিবা অসি করিনা ইনশিন্দুনা তৌহল্লিবনো? কাউন্টর রিভোলুসন অমসুং সম্রাজবাদিবু শৌগৎপা নখোয়গী পোলিসি অসিগী মরুমদা করম্বা থাখল্লোন অমা লৈরিবগে?

নখোয়গী পোলিসি অসি শিগ্নি কাংলুপকী পোলিসিগা ওন্ন-তৈনবনি, নখোয়গী পোলিসি অসি মার্ক্সিসম, লেনিনিজমগা তৈনবনা অমসুং সোসিয়েলিজম নত্রগা নেসনেল লিবরেসনগী স্বার্থ কয়াগা চানদবনা মীয়াম অমনা নখোয়না করিগীদমক

লনাই ওইজ ওইথক্কী লম্বীসিদা অস্থম চথরিবনো হায়বা ভাব তাবদা য়ানা থোকলে।

চহি খরগী মমাংদদি মাও-সে তুংনা, মহাক্কী ফিরেপতা অরাম্বা খর থোকহনখ্রে হায়না কনাগুম্বনা হায়বম্থু ময়ারম্মী। কনাগুম্বনা অমুক মরম পিবস্থু য়াওরম্মী মতুদি চিনাগী পুন্সিগী থৌদোক য়াথোক কয়াগা চুশিন্নবা শেমদোকপদা ভাব ইতা তানা tactics তা খর মখৈদি খেন্নহনখ্রে। অতুবু ঙসিদি পুন্নমক অসে কনা অমত্তনা হায়বা য়াররোই।

ঐখোয়না খঙলিবতু মঙাই মতুদি মার্ক্সিজম লেনিনজম-গী বিজ্ঞান অসি থবক্তা পানশিন্বা মতমদা কম্যুনিষ্ট পার্টি খুদিংমক্তা মখোয় মখোয়গী জাতিগী সমাজিক অমস্থুং রাজনিতিগী শক্তিদা কদায় ফাওবা চাওখৎলবগে, থেংনরকপদগী ফংলকপা জ্ঞান কয়াম লৈরবগে অমস্থুং জাতি অতুগী ইতিহাস পুন্নমক্কী য়াফম খনগদবনি। মরম অতুনা ঐখোয়স্থু খঙই মতুদি Stratagy অমস্থুং tactical line দদি মতম পুন্নমক্তা মান্নতুনা থক লৈরোই। মতুগী মরিদা থক মরৈ তৌদে। অতুবু নখোয়না চৎলিবা পোলিসি অসিদি মসিগী য়াফম নত্তে। জাতিগী ওইনা অথন্নবা করিগুম্বা খরদা খেন্নবগী য়া নত্তবা, general line অমা নখোয়না অতুম তুংইন্দুনা লাক্লিবনি। নখোয়গী দলবু অসিগুম্বা কফুৎলোমদা করিনা চিংথরক্লিবনো হায়বসিমক মরু ওইনা হংনিঙাইনি।

নখোয়না খঙলিবত্থ মঙাই, নখোয়গী দল মন্থুংমক্তদা থোক্লকপা মন্থুংগী ওইবা মুক্লবনা মতম পুম্নমক্তা কাংলুপকী লড়াইগা মরি লৈনবা অরুবা বাফম কয়াবু নমথত্থনা লাক্লি। হৌখিবা চহি কয়াদা নখোইগী দলগী মশক নাইবা মার্ক্সিষ্ট নোমিনিষ্ট লুচিংবা কয়ানা, শীগ্নি কাংলুপ্না মপুং ওইবা মীৎয়েং লোমদগী নখোয়গী রাজনিতি লম্বী অমস্থুং শাজ্বৎপু শেমদোক্লনবা হোৎনখিবনি। মখোয়দি ফজনা ভাব তাখিবনি মত্থর্দি কাংলুপকী মীৎয়েং হায়বসি চিনাদা শীগ্নি মশিং কয়া য়ামলবগে হায়বসিগা মরি লৈনবা বা নত্তে। তৌইগুম্বস্থুং কাংলুপকী লড়াইদা শীগ্নি কাংলুপকী শেংলবা ফিরেপ অমস্থুং মীৎয়েং লৌত্থনা মতৌ করম্না লড়াই অত্থবু লমজিংগদগে হায়বসিগতা মরি লৈনৈ।

অত্থনদি মসিমর্দি তশেংলে মত্থদি নখোয়গী হৌজিক হৌজিক্কি অশোইবা পোলিসিশিংগী হৌরকফমদি নখোয়গী দলগী মাংলমচৎকী ইতিহাসতা লৈরে। ওন্ন-তৈনবা লম্বী অমস্থুং পোলিসিশিং অসিগী খ্বাইদগী পরিং পথাপ নাইবা অমস্থুং তশেং তশেংবা রারোলশিংদি মাও-সে-তুংনা ইরম্বা কয়াদা য়াওরি। মরু ওইবা অশোইবদি চিনাগী অচৌবা রিভোলুসন মায় পাকত্রিবৈগী মমাঙদগী হৌনা লৈরবনি। তশেং-বমকস্থু অসগুম্বা অশোইবশিং অসিনা চিনাগী কম্যুনিষ্ট পার্টিদা মাও-সে-তুংনা মহাক্কী থৌদাং হেক লৌরকভৈদগী

মহাক্কী ৱাখল পরিংগী পক্তম লাকহল্লকলবনি। মাও সে তুংদি "১০০ দা ৭০" দি চুমই হায়বা ৱাসিদি ইতিহাসপু লান্না হন্দোকপগী ৱানি।

চিনাগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ইতিহাসতি খেন্নবা line অনিগী, খোংজং অনিগী মূক্কবগী ইতিহাসনি। অমনা **working class Marxist** খোংজংনি। হায়রিবা মূক্কবসিদা, **Lila-Chao, Chu Chiu-Po, Peng Pai, Chang Tai-Lei, Su Chao-Cheng, Chu Teh** অমসুং অচৌবা **Marxist** লুচিংবা কয়ানা মরু ওইবা থৌদাং লৌখিবনি।

ততোপ্পা line তত্থুদি মতম চুপ্পদা হাইদোক হাইজিন তৌদুনতা মরৈরকপা, কাংলুপকী মীৎয়েং য়াওদবা, Petty bourseosie শিং অমসুং Narrow—Nationalist শিংনা শাবনি। মখোয়-গীদমক্তি, কাংলুপকী লড়াইগী ৱাখল, কাংলুপ থাইদোক্কবা, অমসুং মতুনা মরম ওইদুনা অথন্নবা শীগ্নি কাংলুপকী খোংজংগী ৱাফমনা কৈদৌউদসু মরু ওইবা ৱাফম ওইনা লৈরক্তে। মাও-সে-তুংদি অসিগুম্বা থুৎপু অসিগা লোইনদুনতা লাকপনি। অসিগুম্বা থুৎপু অসিদি, নিয়ম অমা ওইনা, জাতিয়তাবদকী ওইবা অমসুং কাংলুপকী ৱাখলদা য়ুমফম ওইদবা অতৈ হিরম কয়াদনা হেন্না মরু ওইনা লৌই। অসিগুম্বা পরিংশিং অসিনি তুংদা "মাওসেতুংগী ৱাখল" হায়না ওল্লকলিবসি।

নখোইগী পার্টিগী ইতিহাস অসি থৌনা ফনা লড়াই তৌখিবগী অমসুং বলিদান কয়া কৎখিবগী ইতিহাসনি। মরমদি কাংলুপকী য়েক্লবনা মহাক্কী অশাও মৈরি পুম্বা সহরশিংদা পুন্না হৈথখি, অদুনা খাইদগী হেন্না চাওবা মাঙ তাকপা অদু শীঙ্গিশিংগী মরক্তা, কম্যুনিষ্টশিং অমসুং শীঙ্গি মনুংগী কম্যুনিষ্ট লিডরশিংগী মরক্তদা থোকহনখি। অয়াম্বনা **working class marxist** খোঙজঙগী লড়াইদা লুচিংবা ঙাক্তা ওইখি। অদুগা সহরশিংদা শা-ঙাগুম তমখিনা ওৎ-নৈখিবদুনা মরম ওইদুনা নখোইগী দলদা শীঙ্গিগী মশিং হম্বহনখি। নখোয়গী দলগী মনুংগী মূক্লম্বা অদুনা পুন্নমক অসিগী ফল ফংখি।

চাইনিজ রিভোলুসনরি মুভমেণ্টগী মায় পাকখিবা অদু, **working class marxist** কী থৌদাং কয়া, অশোন্না অমসুং অশোইবা কয়া অদুগা লোইননা কাংলুপকী মীৎয়েং লৈতবা **petty bourgeoi** গী বাখল পরিংগী ইথিল কয়া য়াওখিবদু খুদুং লিনা নিংশিংবা য়াই।

অশোই অরান পুন্নমক্কী মনুংদা খাইদগী মরু ওইবা অশোই-বদি, **Marx** কী মপুং অইবা বাখল "হৌজিক ফাওবদা লৈরিবা সমাজ পুন্নমক্কী ইতিহাসতি কাংলুপকী লড়াইগী ইতিহাসনি" হায়বসি মাও-সে তুংনা কৈদোউঙৈদম্ব লৌখিদবা অমসুং ভাব তাখি-দবা অসিনি। অমসুং **Capitalism** অজিম্ব নিয়মঙসিগী বাংমা লান্না লৈতে হায়বসিম্বু মহাক্না থংখিদে।

মাও-সেতুংদদি কাংলুপকী লড়াই হায়বসি কৈদৌঙৈদম্ভু হিরম কয়াগী পাদম-চৈ ওইনা থক লৌখিদে। মহাক্কী মীৎয়েংদদি মসি অরুম অয়াং মান্নবা factor কয়াগী মন্নুংদা অমনি হায়না অহুম লৌই। তশেংবমক্তি, capitalist class অমস্তুং working class মরক্তা লৈবা মুক্কবা অসি খ্বাইদগী মরু ওইবা মুক্কবনি হায়বা অচুম্বা ৱাফম অসি মহাক্কা লৌ খদে। মহাক্তি পৃথিবী অসি মুক্কবনা পিক থম্বা পোৎ অমনি হায়না লৌই।

মসিদগীদি মশানা তানা অতুম্মক খংলে মতুদি খ্বাইদগী মরু ওইবা মুক্কবা অসিগী পোৎথোক ওইরিবা শীগ্নি কাংলুপ অসিবু মাও সেতুংনা খ্বাইদগী হেম্বা revolutionery ওইবা কাংলুপনি হায়বসি থক উখিদে। ইতিহাসনা শীগ্নি কাংলুপ্তা পিরিবা থৌদাং অতুবু মাওনা য়াখিদে। মরম অতুনা কাংলুপকী লড়াই হায়বসি মহাক্কীদি -কৈদৌঙৈদম্ভ নিয়মগী মতুং ইম্বা পাদম চৈ ওইখিদে। মহাক্কী ৱাখলদদি কাংলুপকী লড়াই হায়বসি থৌদোক পুম্নমক্কী ময়োল নত্তে। অসিগুম্বা ৱাখল অসিবু মহাক্কী কাংলুপকী মীৎয়েং লৈতবা জাতিয়তাবাদকী ৱাখলনা মহুৎ শিন্দোকই।

সমাজগী য়াওলদা মাওইজমনা পিরিবা Subjective reaction অসিগী য়ুম্ফমদি মাও-সেতুংনা য়াম্না মপুং ওইবা হিরমদা ভাব তাদবা, কাংলুপ নাইবা সমাজগী শক্তম, অমস্তুং অসিগুম্বা সমাজদা লৈবা শক্তিশিংবু খঙদবনা ওইরি।

কনাগুম্বা অমনা থোৌদোকশিংবু কাংলুপকী লড়াইগী মীৎয়েংদগী য়েংদ্রবদি লড়াই অতুগী করম্বা নাকন্দা মীচঙ চঙফমথোকপগে নত্রগা শীণ্মি কাংলুপকী মীচং ওইগদ্রা ওইরোই-দ্রা হায়বনচিংবা ৱাহংশিংশি নিয়মগী ৱাফম শুকওই ওইদে। অসিগুম্বা কাংলুপ খাইদবগী মীৎয়েং মথাদদি শীণ্মি কাংলুপকী মীচং ওইবা ওইদবা হায়বসি মী মীতুগী অপাম পামদগী ৱাদা লৈরে।

থুদম ওইনা হায়রবদা কনাগুম্বা অমনা কাংলুপকী লডাইবু য়াদ্রবা নত্রগনা শীণ্মি কাংলুপকী তোপ তোপ্পা থুমাং চাওশিল্লবা থৌদাংবু ভাব তাদ্রবদি **Proletarian Internationalism** গী ৱাখল্লোন্বু লৌগদবনি হায়বনচিংবগী ফিরেপ লৈফম থোকত্রে। শীণ্মি কাংলুপকী ৱাখল্লোনবু দরকার ওইবনি হায়না লৌদ্রবদি নথোয়না **Capitalist** কাংলুপ্পুসু তশেংবা য়েক্লবনি হায়না লৌদবা য়ারে।

মাও-সে-তুংগী **Petty bourseosie nationalist thou-ght** তদি কাংলুপকী লড়াই হায়বসিনা মরুওইবা **guiding principle** থক ওইরক্তে। মরম অতুনা শীণ্মি কাংলুপকী ইহৌদদি মাওইজমগী ৱাখল্লোন অসি থক চৎনদে। মরমদি কাংলুপকী লড়াইগী মপুং ওইবা ৱাখলবু মাওনা থক লৌখিদে।

শোক ১৯৪৪ দা আমেরিকাগী লেখক অমগা ৱারি শাবদা মাও-সে-তুংনা অস্নুম্না হায়খি হায় "ঐখোয়না ফনা তৌতুনসু

**Protetariate** শিংগী **dictatorship** অমা লিংখংপা পামবে সরকারগী মাদি, ঐখোয়গী গনতন্ত্রিক সরকারদা জামিন্দারশিং, কারবার মালাশিং, **Capitalist** শিং, লোমীশিং অমসুং শীগ্নিশিং লোইনা য়াওহনগনি"।

অসিগুম্বা মাখল্লোন অসিদি কাংলুপকী লড়াইগী **reality** শিংদা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎতে হায়বসি তশেংলে। অমসুং "শিগ্নিশিং" হায়বা মাহৈশিং অসিদি কাংলুপকী মীৎয়েং লৈজবাশিং অদুদা পিবিবা **Concession** অমনি। মাওগী মাখলদদি শীগ্নি ’যনা মীং পন্থসিমক কাংলুপকী ইথিল লাক পদা খিজিক্তং পিাবৎ. ‘’‘ **cession** হায়বদুদগী হেন্না করি থোইদোকপা নত্তে।

মদুগী মমাংদা ভাংখিবা মাওগী মাফম অমদম্থ কাংলুপকী মীৎ য়েং য়াওখিদে। "মখোয়গী অতোপ্পা মহৌশাগী ওইবা শাজৎশিংগী মা নত্তবদা চিনাগী মী মিলিয়ন ৬০০ শিগী তোপ তোপ্পা অথন্নবা মা হায়ববু মখোয়শিংশে ‘লাইরৈ অমসুং কৈস্থু খঙজদে’। মসি য়াম্না ফত্তনদি উব য়াই অদুবু তশেংবমক্তি অফবনি……… করিগুম্বা অমত্তগী মমি তাথ্রিবা চেবাং অমদদি খাইদগী নৌরিবা অমসুং ফজরবা লাই য়েক্লপা য়াই"।

মাওদদি চিনাসে কাংলুপ লৈতবা"ইনদবা চেবাং" অমনি। মাওগী চিনাদি "ইনদবা চেবাং", কাংলুপ লৈতবা নত্রগা ইস্তিহার লৈতবা পোৎ অমনি।

আমেরিকাগী secret mission শিংনা ফোংদোরকপা মখোয়গী impression শিং অদু কদাই ফাওবা চুম্বগে চুমদবগে হায়বদু থিজম্বা দরকার ওই। অদুবু মখোয়গা মাওগা ৱারী শানখিবগী মরিদা হন্দক্তা ফোংদোরকপা অরোম্বা ৱারোল অমদা ৱাহৈ পরেং অমখক্তি হন্না হন্না য়াওরে হায়বসি খঙবদা য়াম্না নুঙাইবা ৱানি। ৱাহৈ পরেং অদুমক্তি সোভিয়েৎপু য়াদবা অমম্মুং কাংলুপকী খোঙজংবু য়াদবনি।

খুদম ওইনা শোক ১৯৪৪ দা মাওনা অম্মুম হায়খি হায়না David Barnet কৌবা অমনা ফোংদোকখি "ঐখোয়না তৌ-বিমল খঙবগা লোইননা নখোয়গী নতেংবু লৌজগনি । মদু হৌজিমক নত্রগা তুংদা করিগুম্বা মতম অমদা হেক্তা ওইবা য়াই। ঐখোয়না করিগুম্বা স্বর্ত অমত্তা য়াওনা আমেরিকান জেনেরেলগী মখাদা থমাই হকচাং পুম্নমক য়াওনা serve তৌগনি। ঐখোয়না নখোয়দা খঞ্জরিবা ৱাখলসি মসিনি"।

অমম্মুং "চিনাদা লৈবা আমেরিকাগী সিফাই খুদিংমক্না গনতন্ত্রবু advertise তৌহনা ঙাংবি শকপিগদবনি। মহাক মহাক্না উনবা চাইনিজ খুদিংমক্তা মহাক্না হায়বিগদবনি। আমে-রিকান ওফিসারশিংনম্মু চাইনিজ অফিসারশিংদা অদুম শন্দোক-পিগনি। অমবু ওইরবম্মু অমবু ওইরবম্মু ঐখোয় চাইনিজশিংনম্রি নখোয় আমেরিকানশিংবু গনতন্ত্রগী ফিদমনফম অমনি হায়না লৌজে"।

অমস্তুং অরোইবা ওইনা "চিনাসি ইন্দষ্ট্রী চাৎথৎহনগদবনি। হায়রিবসি চিনাদদি **free enterprise** অমস্তুং মপান লৈবাক্কী শেন থূমগী মতেংনা ওইগদৌরিবনি। মসিদা চিনা অমস্তুং আমে-রিকাগী স্বার্থশিং অহু মরি লৈনৈ অমস্তুং ইমান ইমান মান্নে।

**world facist** পু মায়থিবা পিনবা লাঞ্জংদা পুন্না চঙ-মিন্নথিবা শক্তিংশিংগা থৎক তৌমিন্নথিবহু দরকারবুদি ওইথি। অহুবু পাওদমশিং অসিদগী মসিমদি তশেংনা থঙলে মহুদি মাওনা ফোংদোকখ্রিবা মহাক্কী বাখলশিং অহুদি দরকার ওইবহুদগী য়াম্না কা-হেন্না বাংমা লানখ্রে। অমুম্না ফোংদোরকপা চেশিং অসিদা মাওনা সোভিয়েৎকী মায়োক্তা ঙাংথিবা বাশিংগী মথা তাবা পাওদম কয়া য়াওরি।

সম্রাজবাদি লৈবাকশিংগী মরক্তা লৈনবা মুক্নবা অমস্তুং করিগুম্বা অথম্নবা লৈবাক অমগী মোনোপোলিশিংগী তোখাই তোখাইবা **Section** শিংগী মরক্তা লৈবা মুক্নবা ফাওবা শিঞ্জি-ন্নবগী ওইথোকপা অমস্তুং দরকারগী মরমদা লেনিন্না য়াম্না চুম্না হায়গ্রবনি। হায়রিবা বাখল্লোন অসিদা নংগী কাংলুপকী য়েক্নব-শিংগী মরক্তা লৈবা মুক্নবা অহুবু শিঞ্জিন্নবগী বানি।

অহুবু মাওইজমনা ভৌরিবদি মসি নত্তে। মাওগী বাখল-শিগী মহুংদা লৈবা বাদি সোসিয়েলিজম চৎপা লৈবাকশিংগা **world imperialsm** গগ মরক্তা লৈবা, অথম্ননা হায়রবদা, সম্রাজবাদি **U. S. A** গা সোসিয়েলিষ্ট **U. S. S. R** গগী

মরক্তা লৈবা মুক্লববু ওইজবা থিবগী খাখলগা লোইনন শিজিন্ন-থোকপবুনি। তশেংবমক্তি নখোয়না কাংলুপকী লড়াইবু য়ারমলবা অমসুং শিগ্নি কাংলুপকী মীচং ওইবগী মীৎয়েং লৈ-রমলবদি মসিমক্তি নখোয় তৌরমলোইদবনি। মরমদি শীগ্নি কাংলুপকী মীচং হায়বসিদি সোসিয়েলিজমগী মীচংসুনি।

অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী মতমদা **Second Intena·tional** গী মচিন তুমখৎলকপা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিশিংগী মশাগী ওইজবা থিবগী মতৌ অত্থু সম্রাজবাদিনা লুচিংবা পৃথিবীগী শক্তিশিংগা লৈগিন্নবদা চান্নবা শেমদোকখ্রবনি। অত্থুনা হিরম থুদিংমক্তা লৈবাক লৈবাক অত্থুগী **ruling Class** শিংগী অপাম্বা অমসুং শ্বার্থশিংগা চান্নহনখ্রবনি।

অত্থুনা মাওইজম হায়বসিসু হিদাম্নরিবা **socio-economic system** অনি লৈবা পৃথিবী অমগী চান্নবগী শেমদোকলবা **opportunism** নি। মরম অত্থুনা মসি **Capitalism** দগী **Sociailsm** দা ওল্লকপা থাঙ্খং গী **opportunism** নি। অত্থুনা মসি মরুদদি শীগ্নি কাংলুপ অমসুং **socialism** গী শ্বার্থবু **imperialism** গী অতা অতু অরেম-অপা চগুম-চনাই থরগা ওন্নথোকপগী **policy** নি।

মাওইজন হায়বদি সধারন সম্রাজবাদি লৈবাকশিং অমসুং মরু ওইনা সম্রাজবাদি গী লুচিংবা **U. S. A.** গী শ্বার্থগা চান্ন চুন্নহন্না শেমদোক্লবা অমনি। সম্রাজবাদি লৈবাকশিংগী মায়োক্তা

লড়াই তৌবগী অচেৎপা ফিরেপ লৈজবা socialist লৈবাকশিং লৈরম্বতনা মাওইজমগী opportunism বু ওইখোকহল্লীবনি। ঐখোয়গী শীগ্নি কাংলুপকী লড়াই কয়াদা, শীগ্নি কাংলুপকী য়েক্লবশিংনা Corporation শিংদা মখোয়গী service য়োম্মোকপা ভমলিবসি millitant ওইরবা শীগ্নিশিং অমস্বুং trade union শিংনা লাম্বেংনবগী মায়োক্তা অচেৎপা ফিরেপ লৌজবসিননি।

মাওইজম হায়বসি, capitalism না মরাই চাইথরকলবা অমস্বুং তুং হুম্বা তারবা, অহুনা মরম ওইহুনা পৃথিবীগী রিভোলুসনগী খোঙচৎপু শোম্বহন্নবা অমস্বুং মচোই তাহন্নবা হোনজনিংলক্লবা মতমদা শাগৎলকপা opportunism নি মাওইজমনা অসিগুম্বা Service অসিবু imperialism দা য়োম্মোক্লনবা থোরকলি।

খেন্নবা Socio-economic system অনিগী মরক্তা লৈবা মুক্লববু Socialist Gountay অমনা শিজিন্নবগী অমত্তা ভাইবা লম্বী অমদি লৈ। হায়রিবা লম্বী imperialism গী পাখোল্লোয় ওইজবা imperialism গী খুয়া লেকচবা অমস্বুং মখোয়না য়াবিনবা অরৈবা পিথোকপা হায়বা লম্বীসিদনি। করিগুম্বা socialist লৈবাক অমনা অসিগুম্বা মশান্না অসি শান্নগে অমস্বুং মহুদগী থরদং কান্নবা ফংজগে লায়না থল্লবদি মহাক imperialism গী সেবা তৌজগদবনি। Imperialism বু সেবা তৌবা হায়বসিমক্তি শিগ্নী কাংলুপকী শ্বার্থদা বিশ্বাস ঘাত

তৌবনি। **opportrism** গী য়ুক্ষমদা শাগৎপা শাজৎ চৎচবা মীশিংগী অশা অমসুং মঙদি মখোয়না **Imperialism** দা পিজ-খিবা **service** কী মহুত্তা করিগুম্বা খরা ফংজবনি। অওইবমকসু **Imperialism** না করিগুম্বা খরদি পিবিনিংঙই। অহুবু **Imperi-alism** দা তৌরিবা অসিগুম্বা সেবা অসিদি শীগ্নী কাংলুপকী, নেসনেল লিবরেসনগী অমসুং **world socialism** গী অচৌবা অমাঙ অতা থোকহল্লগতা ওইথোকইবনি। মসিনি **Imperialism** না য়াম্না পামজরিবা মথলগী সেবাসু। অসিগুম্বা সেবাশিং অসিদি পৃথিবীগী রিভোলুসনবু ইল্লিবা শক্তিশিংগী শ্বার্থদা বিশ্বাস-ঘাত তৌবনি।

নখোয়গী **policy** শিং অসিদি **imperialism** দা অচৌবা **service** নি। মরমদি মসিনা পৃথিবীগী রিভোলুসনগী থোঙজেনবু শোম্বহল্লি অমসুং **imperialism** না পাম্লিবা অহুমক মসিনি। নখোয়না নেসনেল লিবরেসনগী শক্তিশিংবু **world socialism** গী শক্তিদগী তোথাই তাহন্নবা অহুগা কম্যুনিষ্ট অমসুং অতৈ রিভো-লুসন্নরি শক্তিশিংবু মচোই মচোই তাহন্নবা হোৎনজরি। মরমদি **imperialism** না মসিবু পামই।

অহুবু ইতিহাসনদি শাক্ষি ওইরি মহুদি **imperialist** শিংনা পিবিগনি হায়না বাশকখিবহুগী চাংদি য়াম্না চাওই অহুগা চান্নরা পিবিরকপা মতমদদা খজিক্ত ওই অমসুং মহুসু তেনগ্রবা মতমগী ওইনা থোকলি।

**U.S. imperialism** না, চিনানা হৌজিক্কী মখোয়গী শাক্তং অসি চংশিনবা মখে অমসুং **U. S. imperialism** গী স্বার্থগা চান্নরিবা মখৈ চিনাদা লানগী মপোং মচৈ য়োম্বা অমসুং **loan** পিথোকপগী থবক তৌনিংঙই। **imp:rialism** গী তঙাই ফদনা তৌনিংবা থবকশিংগী থৌরম পরেংদা মকোক ইথং থংনা য়াও-রিবদি চিনাগা সোভিয়েৎ ইউনিয়নগা লান তৌনহন্বনি। অতুনা **U; S. imperialism** না চিনাবু মহাক্কী **socialist indus-trial base** শাগংকদবগী চিংথোক্তুনা, অরৈবা মচাক মথুম অমসুং মীগী শক্তি পুম্নমক কান্নদবা লানগী খুংগু-খুংলাই শাব-রোমদা ইনশিল্লি।

**Opportunism** হায়বসি চংনত্রবা লম্বী অমন্বনি। অতুগা তশেংবমক ইতিহাস হায়বসিস্থ ফুগনগ্রবা ওজানি ( **stern tea cher** )। শীগ্মী কাংলুপকী মরু ওইবা পারাদি, মায় পাক্লবগী-দমক্তা তিন্নবা অমসুং থেংনবা ( **unity & strggle** ) লৈগদবনি হায়বসিনি। **world impeiialism** গী খুয়াদা ওন-থোইবনদি তুং কোইনা মায় পাকপা পুরক্কে। পৃথিবীগী ওইনা **world capitalism** অমসুং **world socialism** গী মরক্তা চথবা কাংলুপকী লড়াইদস্থ হায়রিবা নিয়ম অসি চুনৈ।

ওইজবা থিবগী রাখলগী মথক্তা শাগংথিবা **policy** কয়াগী ফলশিংগী মরমদা, নখোয়গী দলগী লুচিংবশিংগী মনুংদা চেক-শিনবা কয়া হায়নগ্রবনি। মথাগী বাহৈশিং অসি হায়দারকপা

মতমদা **Liu-Chao-Chi** গী পুক্লিংদা পোকখিবা ,বাখলচুস্নু মসিমক্তি "কনাগুম্বনা জাতিয় অমগী মরমদা **bourseosle nationalist concept** তুংইন্না খল্লবা··· ··· ··· ···তিন্নগেদি হায়রকুনা সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মায়োক্তা লৈরবা, চুংশিন্নবগী মহুত্তা **peoples democracy** শিংগী মায়োক্তা লৈরবা, কম্যুনিষ্টশিংগী মায়োক্তা লৈরবা অমস্তুং তিন্নবগী মহুত্তা লৈবাক পুন্নমক্কী গনতন্ত্রত্রিক শক্তিশিংগী অমস্তুং **proletariate** শিংগী মায়োক্তা লৈরবা, নেসনেল লিবরেসন ইহৌগী মায়োক্তা লৈরবা ··· ··· ···তুহৎপিরবা জাতিশিংগা তিন্নদ্রবা··· ··· ··· ···অতু ওইরবদি মহাক অতুনা শোইদনা আমেরিমেকাগা অমস্তুং অতৈ সম্রাজবাদি লৈবাকশিংগা তিন্নরগনি, তশেংবমক সম্রাজবাদি থুৎপৃগী মীচং ওইরগনি, জাতি নিংখা তম্বগী অন্দোলন পাংথোকপা ঙমলোই, সোসিয়েলিজমগী মরিদা করিগুম্বা হিরম অমত্তা পাংথোক্লোই, তশেংনমক মহাক্কী জাতিবু **U. S. A.** অমস্তুং অতৈ সম্রাজবাদি লৈবাকশিংগী মীনম্বা লাংলোগী খয়াত্তা লংশিনগনি, মতুগী ফলদি মহাক্কী মরৈবাক অতু নিংখা তম্বা মাঙলক্কনি অমস্তুং সম্রাজবাদিগী লয়লম ওইরক্কনি"।

রাজনিতিগী খল-চাং ওনবা হায়বসি লাইরিক্কুম্বা পোৎশিংগী অফ-ফত্ত লেপ্পাগুম্বা অরায়বা থবক অতু নত্তে। মসিদি অতোবা অওইবনা সিনি অতুগা তোদবা অরাৎপনা সিনি হায়না ওন্থোকপা অতুস্নু নত্তে। করিগুম্বা অমগী অচুম্বা তাকপা হায়বসিদা চংলিবদি, অখন্নবা পোলিসি অমদগী তঙ'য় ফদনা থোক্লক্লবা থবকশিংগী

ফলশিং অহুগী ফজবা হীসাব অমা লৌবনি। অতুনা মাওইজমগী অফ ফত্ত লেপ্পা অসিমক মাগী অরানবা পোলিসিশিং অহুগী তাথরকপা ফল ময়ামমগী হীসাব অমা ওইররিবনি।

পৃথীবী শীনবা অসিদা মাওইজমনা মীওইবগী মফমদা পুরকথিবা অহাব অমসুং মীশী-মীনা অহুদি অসিমথৈভনি হায়না চাং তম্না পীবা ওইথোক্কে। মসিদি মাওইজমনা য়েখাই থিঙ্গায় থোকহনল্লমদ্রবা, মচেৎ তান্নহল্লমদ্রবা, সমাজবাদকী তাথিবা ভাংলমদবা থোক্লবদি পৃথীবীগী করম করম্বা মফমদা রিভোলুসনগী খোংচৎ, সমাজবাদতা ওনশিন্নবগী লড়াই, জাতিগী নীংথা ভম্বগী লানফম অমসুং শিগ্নীগী ইহৌ কনখৎলমগদগে অমসুং মায় পাক্লা চংশিল্লমগদগে হায়বসি সধারন ওইনা লৌবা অমসুং হাখল্লা লাকশিল্লবভদা চাং অহু খঙবা ওইথোক্কনি। অসিগুম্বা চাওরবা মরালশিং অসিগী অরুম-অয়াংদি মীচং শঙ্গল লৈতবা ইতিহাসতনা লেপলক্কনি।

অসিগুম্বা পুন্নমক অসিবু কিরি ফংজ্রবগীদমক্তা মাওইজম্না তৌথ্রিবনো ? তশেংবদি আর্থীথোক্তবা কনসেসন থরতগীনি—মরু ওইনা সম্রাজবাটশিংগী অহোবা মঙম্রংগ, হাশক খর অহুতগীনিদ্রা।

করিগুম্বা লিংজেন মান্নবা পুল্লম্বা থোক্লবদি পৃথীবীগী রিভোলুসনগী খোংজং অসি য়াম্না হেন্না চাওরবা জয় কয়া ফংলমগদবনি। অহুগুম্বা মায় থ্রিপাকপা অহুনা চিনা ফাওবা য়াওনা সমাজবাদ শাগৎপগী লম্বীদা খম থেংনা খুমাং চাওরহনবা ওম্নগনি।

শিগ্নী কাংলুপকী স্বার্থবু বীশ্বাসঘাট তৌহ্না মহাক্কী ওইজবা থরগীদমক মাওইজমনা **Socio economic system** অনিগী লড়াইবু জ্বারদা থাদোকলে। করিগুম্বা, রিভোলুসনগী ইতিহাসনা তম্বীনিংঙাই থরকা লৈবা থোক্লবদি মহ্ন অতৈ পরা দি ওইজনামগী কফুৎ হায়বসিদি লোইখম নাইদনা লুপ্লবা কোম অমনি হায়বসিনি। ওইজনামগী মশান্না অসিদি কাইনথংদা মশাগী লংজবদা লোইশনগদবা মশান্না অমনি।

ঐখোয়না অসিগুম্বা চিঠি অসি থাজরিবশি, ঐখোয় জাতি অনীমক্কা মাঙচৎনগ্রবা মতমদা পুন্না য়াংমিন্নখিবা লড়াই কয়াহ্ন নীংশিংজহ্নবা অমস্মুং মহ্নগী রাখলদা তৌজরিবনি।

ইউ এস ইম্পেরিএলিজম্না চিনাবু আক্রমন তৌখিবা অমস্মুং নখোয়গী প্রজা কয়াবু ওৎ-নৈখিবহ্নদা ঐখোয়গী দল অমস্মুং ঐখোয়গী প্রজা লাখ কয়ানা আমেরিকান সম্রাজবাদিগী মায়োক্তা লড়াই তৌবদা শরুক য়াখিবনি। নখোয়গী লৈবাক চিনাদা সম্রাজবাদি জপান্না লান্দাবক্লবদা মখোয়গী মায়োক্তা খেংনখিবহ্ন ঐখোয়স্থু য়াওখিবনি। নখোয়গী লেবাক্কী মায়োক্তা এটোম বোম থাদনবগীদমক জেনেরেল ডোগ্লাস মেক অর্থরনা শের্মাখিবা থৌরাংহ্নগী মায়োক্তা চখখিব লড়াইহ্ন ঐখোয়না মাঙজিন থানা হৌখিবনি। নখোয়না ফিউডেলিজম, কেপিটেলিজম অমস্মুং সম্রাজবাদিগী মায়োক্তা মায় পাক্লা ইতিহাসিক ওইবা রিভোলুসন পাংথোকখিবগী মখা তাবা "চিনা-থাদোকউ" হায়রবা অন্দোলন্দুদা ঐখোয় চঙ চঙ লাওনা শরুক য়াখিবনি।

ঐখোয়না ম'সিমদি তশেংনমক ভাব তাজে মতুদি ঐখোয়না ফোংদোকচরিবশিং অসি, পৃথীবীগী রিভোলুসনগী শক্তিশিং, পৃথী শিনবদা সমাজবাদ শাগৎচরিবা কোতি কয়া, ইম্পিরিয়েলিজমগী মায়োক্তা থেংনরিবা মীয়াম, পৃথীবীবু পুমথুম থুমহনখিবা য়াবা নিউক্লিয়ার লাল অমদগী কল্পনবগীদমক শান্তিগী অমসুং দিতান্টকী· লমদা লড়াই তৌরিবা কোতি কয়াগী পুক্নিংগী অপাম্বতুনি।

ঐখোয়না মসিমসু য়াম্নমক ভাব তাজে মতুদি ঐখোয়না নখোয়দা 'নখোয়না চৎলিবা মাইকৈথু ফজনা অমুক্ত য়েংশিল্লু, নখোয়েনা থুংহল্লিবা লম্বীথু য়েংশিল্লু, নখোয়গা তিন্নরিবা শক্তিশিংথু কুপ্না য়েংথুনা অফ-ফত্ত লেপ্পু,' হায়না হায়রকপশিদা মীওইবা জাতিগী য়াম্নবা শরুক্কী পুক্নিংগী অপাম্বথু ফোংদোক্লবনি। ঐখোয়না পুক্নিংদা লেপ্পমক থাজে মতুদি নখোয়না মতুম হেক তৌবদা লম্বী অথু লাল্লকনি, খুদোং থীনিংঙাইনি অমসুং social progress কী লড়াইদা চিনাগী মীয়ামগী স্বার্থগা চানদ্রে হায়না শোয়দনমক লেপকনি। ঐখোয়না থাজে মতুদি নখোয়গী পোলিশি অসি কেপিতেলিজমগী ফত্ত হৌদি পুম্নমক থুন্দোক্লখিথুনা লোইখম নাইদবা মীওইবগী চাওখৎ খোচৎকী অচৌবা লম্বী কাংলিবা world socialism লোমদা ওনশিন্নবগী ইতিহাসকী দরকারগা চাম্ন চুন্নদ্রে হায়বসি নখোয়না লেপ্পমক লৌগনি।

হৌরম কয়া অনিদা ঐখোয় দল অনিনা পুম্না থম্ন নৈনবগী তাঞ্জা অমা পীরকপা য়াই হায়বগী রাখলদা ঐখোয়না অদোম্দা

চিঠি অসি থাজরিবনি। অতুগুম্বা বাকমশিং অতুদি নিউক্লিয়ার ৱার অমা থোকহন্দনবগী হীরমগা হক্কা মরী লৈনৈ, সোসিয়েলিজম, জাতি নিংথা তম্বগী লড়াই অমসুং চিনা অমসুং ইউনাইটেট ষ্টেটস অনিমকী মীয়ামগী স্বর্থাগা হক্কা মরী লৈনৈ।

Fraternallp,
Gus Hall
General Secrtary
Communist party, U.S.A.